# অতুম্বা মৈগী চীং

:—:(*):—

কংখোকচবা—

অতুম্বা মৈগী চীংগুম

পোকখাইবা ঙমদনা লৈরিবা

হৌজিক্কী নহারোলশিংগী মফমদা—

পুখ্রম্বা শাবু

* * *

কোংদোকপা— শ্রীএস. জুপিন্দ্রো সিংহ
জেকপোট প্রেস
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

শেলগী মতেং— মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী।
লুপা ১০০০্

থুমম— ক্ষেত্রি মনাজাউবা।

মত্ত থুমমক— পুখ্রম্বম ওংবী অমুলৈমা
ক্ষেত্রী লৌক্রাকপম লৈকাই, ইম্ফাল।

ব্লোক— এন. মণি সিংহ এন্দ সন্স
লাংবম লৈকায়।

নম্মম— গোপাল প্রেস

মমল— লুপা ৭্



---

লীলা অসি শান্নবিনিংলবদি শান্নজিনৈগী মমাংদা থিয়েটর মিররগী সেক্রেটরীগী অয়াবা লৌবীয়্।

# অফোঙবগী ৱারোল :—

লৈখিদ্রবা ইযাম্বা পুখ্রম্বা সামুগী পুন্সি চেংজেল লোইবমদাই মতম থবা ঐগী ইমুম— জেকপোট সেলস মথক্তা থিয়েটর মিরবগী রিহার্সেল তৌরমই। ঐগী ইযাম্বা সনসম হেমচন্দ্রসু লিলাগী ফুকপ অসিদা পুম্না থবক তৌমিন্নরমই। অসুম্না লিলা পামজবা অহলসিগী থৱাই যাওবসু উজখি।

লাইবক খীবনা মতম কুইম্না শক উবদি ফংখিদ্রে, তৌথাং ফক্তা ওনবনা হানথবে, অহুদগী ইকুই-কুইদনা লৈখিদবগী তুংঙাই-মথা পাঙ্ভ তারে। তিন্নরুবগী চৈনাখোম্না ঐগী পোকমিন্নজবা ইযাম্বা হেমচন্দ্রগী পুক্নিংদা মথৌ-মতম অমত্তং পাঙথোক্কে নিংলকখি। করি তৌদগে থজাম্নদুনা লৈরিঙৈদা ইযাম্বগা তিন্নবা লাইশ্রম অচৌ, লাইথুবাম যাইমা অমসুং ক্ষেত্রি সনাজাওবা অহুম অসিনা লাই-থিক নম্বগী ৱাফম হোদোকপিবকই, ফোঙদোকপগী থৌদাংনা ঐঙোন্দা শিন্নখিরে। থৌদাংসু লৌজবগী তুংদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী চহিগী খুৎই লাইরিক কোখৎপগী মতম থোকলে। ইযাম্বশিংনা চৎতুনা লৈখিদ্রবগী যুমুরেম্বী পুখ্রম্বম ওংবী অমুরৈমদগী "অতুম্বা মৈগী চীং" কৌবা লিলাগী লাইবিক অসি নমথোক্লবা যাথংগা লোযননা পুবিরকলে। মনিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীনসু ফোঙনবা শেলগী মতেং পিবিবক্লে। অসুম্না লাইরিক অসি পুথোকপদা লাযনা থোকহনবিবে। মসিমক লৈখিদ্রবগী মতিক্না ওইরমগনি খক্তে।

পাউনিংবা অমত্তুংদি অইবা মশা লৈখিদ্রবা ভুংদা লাইরিক ওইনা পুথোকপনিনা মশানা পামজবা বনানগা থৈনবা য়াওরম-গনি। গেট অপনচিংবদস্তু নিঙবা থুংদবা থনা যাওদ্রে। অয়ান-অহুই য়াওরবস্তু অকোঙবনা লৈখিদ্রবা অহল অচুগী লমন্দং কোক-খোকচবনি থনবিয়ু।

খৌজালগা লোয়ননা তেংবাংবিবকপা ষ্টেট কলা একাদেমীগা মরী লৈনবা মীওইশিংগী মফমদা তৌবিমল উৎচরি। পুম্নম ওংবী অমুবৈমগী মফমদস্তু ফোঙনবা যাথং শিন্নবিবগী তৌবিমল উৎচবি। মনাক্ত ইবুংঙো পুখ্রম্বা নাউশাদনা মরী লৈনবা লাইনচিংবা পিখিবকপগীদমক থাগৎচরি। লাইরিক নমবিবিবা মেনেজর/প্রো-পাইটর, শ্রীগোপাল প্রেস, অসিবুস্তু থাগৎচরি। ব্লোক শাবিরকপা শ্রীমঙ্গী সিংহবুস্তু থাগৎচরি। অরোইবদা পাবিবিবা পুম্নবুস্তু থাগৎচরি।

সমসম জুগিন্দ্র
জেকপোট সেলস
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

অহানবা শান্নবা— অল মনিপুর ড্রামা ফেষ্টিভেল
(ইং ১৯৭৭, ষ্টেট কলা একাদেমীনা শিনবা—
এম, ডি, ইউ হোল)

শান্নখিবা— থিয়েটর মিবর ড্রামাটিক
সোসাইটি, ইম্ফাল।

অহানবা শান্নবদা শরুক য়াথিবা মীওইশিং—

ওন ষ্টেজ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অহনজাও | — | ক্ষেত্রি সনাজাউবা |
| ২। | লৈপাকলৈ | — | ভুবনেশ্বরী |
| ৩। | ইবোহল | — | ব্রজেন্দ্র নব |
| ৪। | থম্বাল | — | তম্ফাসনা |
| ৫। | ইবোযাইমা | — | চিংথা খানীকান্ত |
| ৬। | ইবোপিশক | — | পোৎশাংবা ধনবীর |
| ৭। | মী মরি | — | থনজয়, তোম্বা বোম্বাই, জুগিন্দ্রো |

ডান্স অমসুং ম্যুজিক— এশোসো খোলি
লাইটিং— পুখ্রম্বা নোসাদ
ষ্টেজ সেট অমসুং ডিরেক্সন— পুখ্রম্বা শান্নু

# অতুম্বা মৈগী চীং

মফম—সিন্মী অহনঙ্কাউগী য়ুম অমদি ইমুংগি অতৈ মীশিংগী বাখল্দগি সাগৎপা অতৈ অতৈ মফম।

মতম—১৯৭৩। ডিসেম্বর থা লোইবমদাই। নোংমাইজিং য়ুমিংকী য়ুমিদাং বাইবম অমা।

সেত—ফম্বাঙ্কী যেৎথংবা সক্তক অহু মীতৈগি অফৈবা য়ুমগি মচেৎ অমনি। কা অনি লৈ। তুংথংবা সকক্তা ইবোযাইমগি তুমফম কা, মাঙথংবা সক্তক্তা মাঙ্গোল তুমফম কাদা ফমুং অমা, মাঙ্গোলদা ফক অমগা ট্রুল অমগা। তুম্ফম কাগি যেৎথংবা নাকল্দা চাকশঙ অমদি ঈমুংগী অতৈ কা তাখিবা লম্বা।

ফম্বাক্কী ওইথংবা সক্তক অহুন তপথোক্তুনা শাবা চেক্কী পোথা বানী মতুগী ওইথংবা সক্তক্তা সিবিথাক অমদা কাথংগ্রগা ইবো-হলগী তুমফম কা যৌই। পোথা-কা অহুদা সোফা অনিথক্তা কোফি টেবল অমগা লৈ। কাতুগি মমাঙথংবা মাঙগালগি ওইথংবা সকক অহু সুগাঙনী। সুমাঙদগী কা অতুফাওবসু সিবিথাক অমদা বাখংলি সিবিথাক অহু মাঙগোলগা তপ নপ্পনা সেম্মী।

সুমাঙদগিনা ফোরস্তেজ ফাওবা অসিনা ঈমুংগি মীশিংগি বাখল্দগি সাগৎলকপা সক্তমশিংগি লিলা উৎফম্মী। মফম অসিদগি ওইবা লাইত সিষ্টেম অমদী সাইক্লোবামাগি লাইত সিষ্টেম তোংঙান তোংঙান্না লৈ।

# ব্রাহৌদোক

সাইক্লোবামাগী মৈ তপা ঙান্থোবরপা নতমদা সক্তম অনীথক মমি ওইনা উঈ। অঙানবা সক্তনহু মুপানী। তুমফম কাগি ফমুং মথক্তা যম্মি। মথুংনা খুকউ পুি। মমাঙনা খুকউ অসাগি বাবক্তা লোংলী। অনিস্থবনা মুপানী পোথা কাগি সিবি থাক মথক্তা খদাং খুং সৌন যম্লি। অিিক মুংগি শক্তমী।

ফোবস্তেনগি মৈ তপ তপ্না ঙাম্লি মা মবিনা ঈবাহনবু দোলাইদ হাপ্লগা তাল নাইবা খোঙথা দ দাউম লেমত লানদগি পুখোল্লবই।

মদাম—মীওইবগী মবাইাক তপ্পা ঙমদ কনানা। মন ইবল্লা পীবম্বা মপুন্সিনা মবংজ্ঞ। অব্রা, অনম্বা থ ব্রাং, নো পোক নোংচুপ— কনানসু ববংনদ মাংইবা মবাইবক
(অবে বসিংদা পু ান লেঞ্জা।)

ইবোহল—মৌশিঙ তাবব উঙ্যুন নো যুনমী। তপ-চাক সিং-ঙনী। পুন্সি খোঙথাং অবধ। মসক লাকপা ঙল্লংক্ত। পাবু গা ঈমাগা মাগী খুংনঙ মুল্লবই। পাঙগা মথেং তাখি।

মাঙ – পোংপঃ—মীকুপা খুদিং –
তুং—পোংপা—সঙবাই সঙ্গর ই।

ইবোহলঃ অনোম্মদ ফংলকই—
মাঙ-পোৎপাঃ—নোংম নোংমা
তুংঃ-পোৎপাঃ—মেকুক মেকুক
ইবোহল—মঙ্গনা হীংলকই মীকোক মঙা
মাঙ-পোৎপাঃ—মুংল মুংলি
তুং-পোৎপাঃ—লক্লি পুন্সি।

ইবোহলঃ—হিদবদি যাবক্তা, ঈনাউ অনী পীক্লিউ ঐম্ব সুবকই মাগী খুৎলঙ।

মাঙ-পোৎপা মীনাই থৈদাং।
তুং পোৎপা নাইথাং পুন্সি।
ইবোহল—মাংতোম্দগী লাইবিক রাঙ্গৈ, উচিন নাচিন ঙম্মী মেত্রিক, মথা অমুক তনথদে, সবকাবগি থবক পাই। পীকথবা লরার দিবিজন ক্লার্ক।

মগাম—লরার দিবিজন্দগী অপ্পব দিবিজন।
ইবোহলঃ—যাম্না রানা হোংনজ, কুমহুদা বি, এ, ওই।
নগাম অহুনম্বা থাক্তুগী অনিস্বা থাক।

ইবোহলঃ—কুমহুদা চিন-নানি অহুম ফংজে এন সি, এস।
নগাম—চা গী চাংথাঙদগী চাদোন যৌথি মবাইবক।
ইবোহলঃ—মীতোপ মাবাল থাইহৈদে। ঈনম—মীনন অমগানি।

সাগৈ থুৎকন-পাঙগনবা নোংসাই সরুক য সম্ব হিন্দুগিনা হিন্দুস্থান, হিন্দী ভাষ্ণু, হিন্দু ওইয়ু।

হৌফম—সাৎফম থিবদী ইস্তিগ্রাসন কাইগনি। মীহৌবোন্দা মী পুম্বা য়োংগি যোং অমহানা।

মযামঃ—[ইবোহলবু থংথা থাদবগা] মথা কবি ?

ইবোহল ঃ—য়ুমদা ঐ ইবোহল। ঈমা ঈপাই কোকচল লাইহল। মৈত্রবাক্ মৈতৈ [(মীতৈ হাইবিগনু), হিন্দুস্থান্দা হিন্দু। মালেম পুম্বসীদনা থরাই পানবা অমা। ঐখোই খোঙ্গ্রাং থকই। খোঙ্গ্রাং থকপা সানো।

(মযামগা মাগা তোংডান তানৈ।)

মযাম ঃ—তিংপানবদা ঐখোয মপুংগি মমি। তাইবংপানবসীদনা খোম্লাংথকপা সা। মালেমসাগি ওইবগা ঐখোয কাংল-মীতৈ (মৈতৈ হাযবিগনু।) হিদুস্থান্দা মাতৈ লৈপাকসীদা মীতৈ।

ইবোহল—(মযামদা সীংনন) ন্যাসানল ইস্তিগ্রিতি।

মযামঃ—(সৎ লৈশিল্লক্লুনা) পুমচুম চুম্বা তিঙ্গাকোক।

ইবোহলঃ—অচুম্বতু হাঙ্গৈবা যাদে।

মযামঃ—অবানবদি হাঙ্গৈবা যাবা ?

ইবোহল—অবানবসু হাঙ্গৈব যাদে।

মযাম ঃ—করি কবি হাঙ্গৈবা যাই ?

ইবোহল ঃ—কবিমত্তা হাঙ্গৈবা যাদে।

মযাম ঃ-বা ঙাঙনবৈ নিঙতম্বা ?

ইবোহল ঃ-(ইঙ্গিং কা লোইননা) সসসস !

মযাম ঃ—ঈনাৎ, লীচৎ, লোন, ঈযেক-ঙাকচনবৈ নিঙতম্বা ?

ইবোহলঃ—(হেন্না চেকসিন্ন) সসসস।

(মযাম ইবোহলবু সীংনবগী মতৌদা কোইসিল্লী।)

অহানবাঃ—মী পুম্বা মশা তৌবী,

অনীস্কবাঃ—ঐখোয় কবিগী তৌরোই?

অহুমস্থবাঃ—মীপুম্বা কানবা যেংলী,

মরীস্কবাঃ—ঐখোয কবিগী যেংলোই?

ইবোহলঃ—মী পুম্বা হিংননবা মতু-মচা যোম্লোক্লি,

মযামঃ—ঐখোয কবীগী যোল্লোই?

ইবোহলঃ—ঐখোযবু ইথাদা খোঙজুম ইনবা ননহুনা ঐখোযনদী

মখোযদা কবিগী পীথকপা লানগনী?

মযাম—সসসস......।

ইবোহলঃ—মাইনাবীতী মিং থোং ঐখোইগী ঈরা লৌবীদে।

ঐখোইনদী কবিগী মখোযগী মরা লৌকনা?

মযামঃ—সসসস ।

(মযাম্না ইবোহলগী মথক্ত উপশিনখী। হাইগৎলকপা

মতমদদা ইবোহলবু দোলাইদা হাপ্পুনা পুখৎলক্লে)

রাইকুপ পুরী মানা দোলাই তোংবী ওনসন্থ। দোলাই

তোংবী রাইকুপপুরী মসা অনভা ওইসন্থ!

ইবোহলঃ—মতাংসিদা লোইজরে লিলাসিগী রাহৌদোক।

মযাম—(চেন্ন-চেন্না) অচুম্বম্থ যাওদবা, অবানবম্থ ওইদবা, অশুবা

অমুবা, অঙাংবা, অসংবা কবি মচু মখেল্লো সেংনা তাকপা

যাদবা, মযান-তুযান লমচৎনা পুল্লি ওইনা সাগৎপা, হুৎ

ফেং। লৈথোক লৈসিং। মতমসাগী যুম্ফমদা সেমগৎখীবা থয়াই-খুয়াইসাগী মিংসেল ওইবা ৱাংলোন্দাক। মতাংসানা লোইজরে লিলাসাগী বাতৌন্দাক।

( হায়গুম তাল নাইদা খোঙখাদা মশান্না ইবোহলবু দাউনবাইতলোমদা পুথাকখি। মৈ ননখি।)



# অহানবা তাঙ্কক

তুমনম বা অমদা পোথা-কাগী মৈ চানখৎলকই। পোথা কাগী সিবীথক, মশুগী থম্বাল কুক হৌগৎলগা মনাক্কী সোসবগা কায়নবা চা বপ অহু পাইখৎলগা তুমনম-কা তান্না লাকই। ফমু মখক্তা ইবোযাইমগা মমাঙ চপচানা লাইরিক মনাক্তা কপ্তু থম্মী। ইবোযাইমনা মমাই হায়গৎলদুনা থম্বালদা যুগা ফংই। নাৎচাইন।

ইবোযাইমা (অসাউ ওথঙ্গা) কা অসিনা চঙ্ককনু হাইবনা।

সুপনা যাবরোইদ্রা ?

থম্বাল — ঙরম হাঙ্গনা থাগৎদোবাবনো ?

ইবোযাইমা — বরম হাঙ্গনা থাগোইদোবিবনো ?

থম্বাল — মথম মত চাদ্রবদা অত ... বনি চান্না লুদা পাংনি

ইবোয়াইমা:—মীকুপ খুদিং হোংজুমন্তা মৈলবী নখোইদদী মন্থুই খেন্নবা কৈন্থ লৈফম থোক্কে।

থম্বাল:—মীওইবনা হোংগে হোংবা নত্তে। মফম-মতম্না মমচুনা মীওইববু হোংহনবনি।

ইবোযাইমা:—নহাক্কী নপুন্সি মাঙনবা ঐ ত্তৌনিঙদে। ঐনা পাম্বদী—ত্তোকসী। ময়ফমসিদা ঐ মায়থি খ। মুপা থোকপা ঙমথিদে। ইশাগী কম্নবা মশক খংদবা, কাম্নদবদা লৈপাক খুন্নাইগীদমক রা'ববা লৌখংপা য়াত্রব মীরেম্নী ঐ।

থম্বাল:—(পাঙ্গল থোক্কনা) মতম লৈরিবৈদা ওইথোকখীদ্রবা য়াফম। পুন্সিদা লানঙল্লরাইদবা চাউরবা পল অমনা নোংদোন পক্ক, য়াংনা খনগ্রবা মতমসিদা।

(ফিজিনা মমীগী মপিচু ত্তেথোকপা মালহন্দনা ত্তেথোক্কুনা) ছুনৌক্কী পুন্নমক কান্নবা করিমত্তা লৈত্রে।

(মমাই লৈথোক্কুনা চৎলৌ।)

ইবোয়াইমা:—খুনা চৎত্রে চৎলো। কা অসীদা নহক্কা কুইনা লৈথোকপা কনদে। ত্তৌহদে। কিফম থোকই।

থম্বাল:—(লেশিমন্নগা মরৌ লৈনা নোক্কুনা) পুকচেল থৌনবা, খম্মোই চাং য়েংমবৈ মতমদা কুইরে হৌথিবা। মমল য়াংবা পুন্সিগী মীকুপ কযা নহক্না মমল য়াওহনখীদবদো মত্তংজুদদী লৈই, ময়ামদো থোইরিমথে ফজরম্মী। ঙক্রিক্কী অতিবা লৈই ত্তাক্কা। পীকখ্রবা ঈরিক অমৈ মফম কাওবা থোইবা য়াত্রবা।

ইবোয়াইমা :—(মাস্থু মরৌ লৈনা নোক্লুনা) হৌজিকপু মতুং ঙাকং থাঙগৎনিংলিরব্রা? কনানবু ভাবগদোরিবনো? ঙাকং থাঙগৎকৈবে বা ওইরবদী ঐগীস্থ হাইনিংঙাই য়াম্না লৈ। মতমমতুংদদী নহাক, ঐগী অমত্তা ঙাইবা পুন্সি মরুপ্পা। ঐগী ঙাখল, হকচাং অমা-মু ঙাই পুন্নখ্রী লোইনবীনী। হৌজরক্লা ——হৌজিন্না নহাক, ঐগী থৈতেমনী হেক পোকমিন্নবা ইমাম্বনা লৌবা —।

থম্বাল:—(থাঙজমদনা) তোক্লো। মতুংদা ঐগী তোংজবা করিমত্তা লৈতে। নহাক্কীস্থ লৈতে।

ইবোয়াইমা :—অতুগা ঐনা যুমসীদা লাইতোম ভাবা মী। মবুংদী ইমুংসিগী মী ওন্নবক অমগা। অমগা নাইতোম তানৈ। অনৌবা লাকপী নঙস্থ। ফজনসিদা নখোয় পুম্বা খুংঙাইনা, মবা-তপ্পা, মহৈ-লানা হিংলুনা লৈবি। কনামত্তনা ঐগী চৈনা খঙবিদে, ঐগী ইশক খঙবিদে। ইবোপীশকক্তং খুপ্পগী ইবোপীসক্তংদৌ পুন্সিগী চিরবা তা-ফমদা ঐগী ইতুং লল্লকপা য়াই।

থম্বাল —[তপ্পা চেঙসিন্নরগা, ফমুংগী মচি অমদা ফমথত্তুন] মতম অতুদদী ঐগীস্থ ইসাগী ওইবা ঙাখল লৈজরম্মী। মতম অতুদদী ঐস্থ থনথি খুপ্পগী নহাক্তংদৌ ঐগী ব থল উবিবা য়াই। অতুবু মতু তাইওন্নখি (মমীত্তা ঈরা চেক্লকই) মতুংগীদমক ঐ নচেন্দ ঙাম্মোবা ওমথিদে। মরমদী ঐতনা নঙগী মকমদা লঙজখিবনী। ঐদি নঙগী মকমদা য়াম্না লঙজখী।

(পি সীম্বকই। খোঙ্গেন ফাবা ঙম্লক্তে।) অবাবসি উবি-বোইদবা, চৈনা মশক খঙবিবোইদবা মীগুংসি পোকপীবোইদবা নহাকপু ঐনা খনজখি। খমোই, হকচাং অনীমক পাম্মুবা লৈতনা নংঙোন্দা কখোকখি।

( খাঙঙমদনা কপখোল্লকই। )

মপোক লাংওন কযাদসু মপু মানা ইবান অসীবুদী ঙাকপী-বখাই। মফনসীদা, মৈগী কোমজাওসিদা। তমখিবনা মৈমুংসীদা ঐবু লাল্লবিবিবনা তাইব মপুনা ঐগী ঙাকপিফম খোক্ত্রবা ইবানগিদমক।

( মমাই লুকখঃনা হীক হীক কপ্পা।)

ইবাযাইমা—( বা ঙাংফম খঙদনা ঙাইহাক লৈকুবগা।) উন। মীবু ল্লাহনগে খনবা মহাক্তদী তাইবং মপুনসু মতাক চৈবাক খাবা সোইদবনা।

( খম্বাল মমাই সং হাইগলক্তুনা কেংশ লকই। মাংচান। চৈব মোক লাউদে। দাউনলেফতগী লৈপাকৈল চঙলকই।)

লৈবাকৈলঃ—( পাখা-কাবোমদা ) ইবেম্মা। খম্বাল।

( মাঙগোল তন্না লাকই।)

খম্বালঃ—( ফুক তৌগৎলগা, মপি সং তৈখাক্তনা) কবি হাঙ্গে ইমা।

লৈপাক্লৈ: বা হাঙ্গে লাউ।

( মাঙগোল মচি অমদা ফমথবগা সেঙগাউদগী শেল খবা পুথোক্তুনা মসি থা।)

থম্বালঃ--(ইবোযাইমদা) ঐ নংঙান্দা লানগ খনখিবা খনখিদববা হাঙ্গবসিমদী ঐ নি সিংবা থোক্কব। অদুবু ইসানা যাবি ঐ লানখি। ইসাগীদমক্তদা ন ন্ত নঙগীদমক্ত। নঙগীদমত নংঙোন্দা ঐ লানখি।

( নাঙগোলনোমদা থোক্লকই। ইবোযাইমনা মুগা নেংহৈই। থম্বালনা লৈপাক্লেগী মনাক্তা চংগা )

করি হাঙ্গবিগদবনো ইমা ?

লৈপাক্লৈ ঃ— (শেন পীরনা) লম্বাদা ইবুংঙোহলনা পীবম্বনী না সিঙ অমনি হাঙ্গ, স্নবা যেংউ। ( থম্বালনা লোবগা মসি থা। ইবোযাইমা মনাঙদগী চা বপ্পু মুগা নেংনুবগা, তাশ পাঙ্গ-খত্তুনা পোথা কাগী কোফি তেবল মথক্তা থম্নই।)

'সন পাঙ্গবা ঈনাক-কৈবাক থুনবা নগাসি সা যাম্না লৈরেদা। লৈপাকসা লাইবরা ঙাকতা ওইরমাল্লে খনবরু ঈনাক থনবা যাম্না লোত্তুনা লৈরমানেদা।

(থম্বাল সেন নসিং পীবা লোইসিনগা হৌগৎলী।)

স্নববা ?

থম্বাল .—স্নবে ইমা ( পোথা-কাবোমদা চৎলী। )

লৈপাক্লৈ ঃ —( মাঙ্গোল মচাদা ) কনা-কনানোনে ঙসাই সীদা

পুনম্বা ইবুংঙোহলগী মকুপসিংদুরো ?

থম্বাল ঃ—( তুনগম কাবোমদা সিবি থাক কানা কানা) মথোই অফিসার মসেল ওইরমাল্লে।

(মথক যোৎখ্রে। লৈপাক্লেনা রাখল খল্লী। ইবোয়াইমনা
ফমুংদা ফল্লগা রাবীর মুন্না তাই। মাগু তুমিন রাখল খল্লী।)
লৈবাক্লি ঃ—(লাউনা) ইবেম্মা। মখোইবু ঙসাই জ্বাব শান্নখিব্রনে?
থম্বালঃ—(মঙ্গুংদগী) জ্বাবদী শান্নখিদমানে। মখোই মশেল মতে,
পাংখোক-পা সিন তৌনবৈ রা-ঙাঙনবা ওইবমাল্লে।

( সিবি থাক্ত কুমথবক-কুমথবক্ত )

হন্দক মখোই তামোনা অচৌবা কা অযা তপখোক্লনি হাঙ্গ-
ডুনা তোাবিসী মখাইডুনা মতেং পাংবিবদগীনী হাঙ্গগুম তৌই।
(সুমাঙ দাওবা লৈপাক্লেনা চংখোক্লবপত্তুগী মতুং ইনচনা)
মখোইসিদা মীনানথল অমনাদা। লুপা লাসিঙ-লীসিংঙবু
করোব চাইবগুম চাইথোকই।

( পোখা-বাগী দাবা মচিন্দা লেপ্লী )

লৈবাক্লি — ( সুমাঙ মনাইদা লেপ্লগা, বল্লক তকসী সোন্দুনা )
লাইবক থৈদা নখোইডুগী মমা-মপা ওইবসা। পাবানপুবা
করম্বনা কনি কৈবাকপু থাবম্বনো। ঐগীদা। ঐগী ইচাসানদি।
মমা-মপা অনাসাথাওবা পেলহনবা ঙমদ। সুপ্লগী থমোঃ-
সাদংদাংগা। লমহৌনিবা পুন্সি মতেকসাগীদী ববি হায়না
তম্বিবিবা খঙব্রেদা।

[ রাখল তবঙদা তাউই। থম্বালনা লৈপাক্লদা মমীৎ
কুপ্তনা লেংই। ইবোযাইনা মবানাদা চাগদবগুম লেংই।
অহুম্মব লেংখিদ্রে। স্পোতলাইতনা ইবোযাইনগী মথক্ত
ঙাল্লি। অতি মথমদা মম্মী।

মম্নুংদগী মীযামগী ঈব্রাই-ঈনিন অমা তাবকপগা লোইননা ইবোযাইমগী মৈ মমথী। সাইক্লোবামাগা যোব স্তেজগা ভাল্লকই। অমম্বদগী মী মবি জগাইগা লোইননা চোং-থোক্লক্ললগা হুপী অনাগী অকোইবদ অপাম-মুংশি পোকহনবা সাথেক-সাওংগা লোইননা চোংসিল্লী। হুপী অনাহুম্ব মযাই কাবতুনা মথোইগী মবক্ত যাওশিল্লী।।

মযাম — খিং খিং খুঞ্জবো। লাইগী সে গাউ খুনজবো। মঙগে থেঙগু যাইওইবা, তক্ষা খুদোপ যাইওইবা। সনা থোকউ, লুপা থোকউ, হুপী থোকউ, মানাই থোকউ, মতীক থোকউ, ফমজ উ থোকউ থাক্লিভবতা থোকউম্বা, পানাভবতা পাঁভম্বা। খিং-খিং খুঞ্জবো। লাইগী সেনগাউ খুনজবো। মুংসিহনগে মযাব, সাউহনগেস্ত হনবা। নোবহল্লগে মনা না কপ-হনগে মথানা। মীকোব খাংবা কবিনো? মাখা পানবা কনানো? ফজবস্ত অথাবস্ত, অব্রাংবস্ত, অনম্বস্ত ঙমমকপু বাগেনবা, ফংঙমদবা পুন্সি যাই। খি খিং খুনজবো। লাইগী সেগাউ খুনজবো।

হুপী অনা:—সে সে লোইজস! পানা লেজসে।

মযাম.—খিং খিং খুনজবো। লাইগী সে গাউ খুনজবো।

হুপী অনা —সে স লোইজসে। পানা লোজস .... ।

( কল্লা চো মিন। মমথ লা মযাম্না হুপী অনাবু যাখ্রে। সবাক তল্লমদাইগী যাঙম )

ইবোযাইমা ( খাঙঙমদবা খানাউ অমা) পোকখাইবো। ঙম্নমক মহা চেপ্লো। ননিল ওপ্লো।

( মী মীবিত্তু অনম্বদা মাঙখি। হুপী অনী হান্নগী ফীভমদা পোপ তাই। স্তুজগী মৈ ঙাল্লবই )

ঐ মঙলান্নদে। ঐ মঙলান্নদে। ঐ মঙলাক্নদে।

( যমুংদা দোম লাউনা তুশিল্লী। থম্বালগা লৈপাক্লৈগা খংপ্রেক খংনা যেংনৈ। )

লৈপাক্লৈ ঃ- কনানো হুজিক্কীদো ?

থম্বাল ঃ – (ইবোযাইমগী কাথোমদা খুদোম্বী থিন্নুনা) সোমদা ওই বমাল্লে।

( পাম্বৈ লৈতবা মীংথে অমা যংই। )

লৈপাক্লৈ ঃ– ইবোযাইমবনে ?

থম্বাল: - খোনজেন্নু মাল্লী।

(মবানীমক ইবোযাইমগী কা তন্না চেনসিল্লকই। ইবো-যাইমা যমুংদা যন্নগা মশাবু ফাথনবা হোৎনজন্থনা লৈরম্মী।)

লৈপাক্লৈ ঃ—(নিংসা থীনা ) যাইমা। কৈদোবে।

( ইবোযাইমা যেংদমক যেংখংলকই থম্বালগা মীৎচা নৈ। থম্বালগী মমাত্তা ঈবা চেল্লী। খঙহৌদনা সান্থবকপা পী মবিক অনীদং মনেম্বোক উহন্দনা থম্বালনা সৎ তৈথোকথিবন্থ ইবাযইমা উহৌই। মমাঙ্গ তপ্না লুকৈ। লৈপাক্লনা অমূক্কা হেন্না হুংশা থীনা )

কৈদোবগে ? অঙাও অফৈঙুম অম্মুপ তোঙ্গনা লাউ খোংলী-সীবু নহাকপু কৈদোবগে ?

ইবোযাইমা ঃ—(তপ্পা) ইমা, নখোই মফম অসিদা চংলকনু। নংখায কনামক্তা ইমাঙদা নসক উংপীবনু। ঐ নাইতোম তাববা মীনী। ইমুংসিদা হীংলীবা নাইতোম তাবৈ চংনবীসিদা ঐমু নাইতোম তাববা মীনী। ঐঙোন্দা যেংকনু। ঐ নাইতোম হিংজগে।

লৈপাক্লে ঃ— ( খঙলতনা ) অতম্বা থুগাইনবা ৱা ভাঙনু। সেমগং-সাগংনবা ৱা ভাঙ্ঙু। ওইবা যাবৱোইদবা মোঙ্গুংনা মীওইবা হিংবা যাপোক্তে।

ইবোয়াইমা ঃ কৈদৌবৈ যাবোইদৌবীবা ? নখোগী মখুত্তা লল্লেমা পোথাবী। ওইহন্নিংবা পুনমক মীকুপ্পা ফোং। (যাম্না শাউন ) নঙ নত্রনে ইমা-মীগী মচা শেন পাঙবা উবগা কল্লক তঙ্গী শোনখিব দা ? মুজাক্লা। ইমাঙসিদা।

লৈপাক্লে ঃ—কৈদোবৈ তক্সি শোল্লোইদৌবিবনো ? সেন যাওদনা হিংবা ঙম্বা মীওইবা তাইবংসীদা কনা লৈবগে ? মীচঙ, মীংচং, থবক, খোনা ফজবা, অথাবা, অচুম্বা অবানবা অপৈবা অপিকপা অকনবা, অশোনবা,— শেলবু যাওদ্রবদী তিঙগা-কোক শেলবু শৈববদা লাইফদিবীনামী, মীওইনবা লাই।

ইবোযাইমা ঃ—(সোংনন) মীওইবনা সা। মকু, লংজা, তীনফা, কাকফৈ। মচিন-মনাউ, মমা-মপা, সাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং মসা-মসা হিংনবা সেং-সেক্তুনা চানবিবসি ঙদ্রাও ? ঈ মবী লেপ্তনবা ঈ থকউ। সা চাউ। নশোক্ট পুম্বা ওইয়ু। সাবমচংকী মী ওইয়ু।

( ঙাইহাক তুমিন লৈরুবগা অসাউবা পুম্বা ফাখত্না )

নখোইবু থাকপীনবা মী লৈবদাই ? নখোইদা সেলগী ঈখৌ লাংহন্নবা, অবাম-খৌবাংবতু অমুক কোকপীনবা নখোইগী তাইবং মপু সকপা অমা লৈবদাই ? মীগী মফমদগী ইকাই খুম্নবা ফংলবা মসা মথন্ত নিংঙাইদনা হিংবা ঙমজবা মহাক্তুবু, নখোইনা "তাইবং মপু" কৌবদাই ? মহাক্কী মপান্না নখোই শুংঙাইনা হিংউ। ঐগা লৈনবা মবী ককথৎলু নখোইগী নফমদগী, ইমুংসীদগী, থুন্নাইসিদগী ঐ তোঙান্না তারবনি

লৈপাক্লে : -শুমিৎ চুপ্পগী তোংঙাল তানবৈ বাখল। বাবী বাখোক। কনাবুনো নচনা পেল্লিবসিবো-ঐবুবা, নপাবুবা ? শেংনা হাঈমু। সেনজাও পাযবা নিংথৌগী মচা মসু গুম থম্ব ঙমদ্রবসু, পেকক চংসন্না চউমত্নবা নখাইবু যোক্লকবগু নখোই অহুমগী নতু তুবুম অমফাও তেহল্লকতবনী ঙসী ফাওবদা

ইবোযাইমা :—মতুগী মহি চাও-ও চাবা যাবা মফমদগী। মবা তপ্পা, শুংঙাইনা হিংঙো। ঐগী বাখল খল্লুনো।

লৈপাক্লে:—কৈদৌবৈ খল্লোইদৌবিনো ?

ইবাযাইমা —কৈদৌবৈ খনবাদৌবীনো ?

লৈপাক্লে :—ঙাঙলুনে ইবোযাইমা ?

ইবোযাইমা :—মী পুন্নমক মাগী-মাগী লম্বীদা মনিঙ তন্না হিংবা পাম্বা ঙাক্তনী। অঙাওবা ফাওবা। ঐগীদী নখাইগী থৌজাল যাওদনা ইসাগী ওইবা নিঙতম্বা বাখল অমা ফাওবা খনজবা যাদ্রনে ?

ৈলপাক্লৈ ঃ—অহুবু নয়াম্বনা মুপা থোকা হিংবদী হুম্নগা নহুদী করিগী হুমম্লিবনো ? নযাম্বদৌনবু তৌবদী —।

ইবোযাইমাঃ—(মবক থকু না) মাদী মতীক চাবা, ঐনা মিহুমবান। খংলববা ? মানা এম. সি. এস। ঐনা বেগাবোন্দ।

(অরাবা পুম্বা লোংশিন্নগা, মথরাই শোক্লা)

মাদী চপচাবা হুজীক্লা মীনী—অহিংবা মী ঐনা হীযাহু অথোবা ওন্দুনা কোইপাই পাইবিবা থরাই—তম্না লাই। অহুনা, ঐবুদী নখোইন, নখোইগী চংনবীনা নখোইগী নবক্ত ভিলচন্দে, চহুচন্দে, ইম্বে বই। নমহুনা নখোই পুম্নমক্তগী তোংঙান তাহল্লী।

ৈলপ ক্লৈ—(সাউনা) অহুই বাহু তোকখে নে। নখোই লোইনা লাইপোক ওইয়ু হাঙ্গৈবে বা নত্তেনে। মী অমনা হুম্বা থবক্তুদী অমম্বু হুক্কম থোকই হাঙ্গৈব বানা।

ইবোযাইমাঃ—(পাম্বৈ লৈতনা) হুম......। (নিংসামপী অমা হোম্বৈ)

ৈলপাক্লৈ ঃ - নহুনবু নযাম্বদৌনা হোংনববদী কৈদাবগী থবক মচা অমদী ফংল্লোইদৌবিবনো ? অচহুবা সেন্নগীদমক্তদী নযাম্বসীমা কৈফগাক্ক কৈনা লেপতুনা লৈবিদনা

ইবোযাইমা : - (যাম্না সাউনা) ঐদি হুবান্নিহুদেযে। মীহাৎনিহুদেয়ে ! সা ওইনিংদেযে ! (থাহুহুদনা) নখোই চংখ্রো চংলো ! ঐ হাইহাক্তা ঈংনা পোথাক্তগে। ঐবু ইতোমতা হুন্দোপীয়ো। ইতোমতা হুনদোকপিযো ! ইতোমতা হুনদোকপীযো।

( ঙাইহাক্তং চেক-মোক লাউদে। খম্বালনা ওঙ্গা শাঙ্গোল ওম্বা খোবক্লগা দাম্নিদা মখোঙ য়াম্বহনা ফমখে। মথুং ওইনা মখোঙ ওইগী খোঙনমদা খল্লগা, মথুং থেম্বনা লৈমাইদা খোরী খোংলী মপুক্কিংনা ইবোযাইমগী কাবোমদা। সেকেন্দ ওবামুক তুমিন লৈরুরগা ইবোযাইমনা নিংসা মগী অমা হোম্ব-বগা )

কনাগুম্বা অতোপ্পা অমা ওইরম্লবদী, ফীভম্বা নাইতোম তাদবা যাদবদগী নহান্না য়ুম থাদোক্তুনা চংখীরমগদবনী ঈমা! অহুবু, ঙসি ফাওবা নখোইনা ঐ কাইনবৈ মৈচাক্তুদী ফংদ্রিদনা? মরমদী, ঐ মীওইবৈ খম্মোই মশক খঙই। ঐ নখোইদোনা হুরান্নীংদে, মী হাংনিংদে, সা-ওইনিঙদেনে ঈমা। মীতৈদী মীহোবোম্দগী রা ঙাওগন্দবা কাঙলুপ্নী, খীত্তদা হেক্তা খঙনসীবা।

লৈপাক্লৈ :—উম, খঙলেনে। নঙনা পুন্নমক খঙলেনে?

ইবাযাইমা :—মথা তানদবী।

(লৈপাক্লৈনা মথৱাই সোরা রা ঙাংলি, খোজেল তাদে। মবানীগী মভোৈহদগী যানদ্রে হাঈবসী খঙই। তাঙ্গা অসীন্দা দাউনলেফগী য়ুম্বু বেল অহনজাউ চঙলকই। যেংবদা চহী হুক্কু ওরাগী লেং মান্নে। চোকথনা চঙলকপা মতমদা খম্বাল তুমিন্না ফন্নম্বহ উই চপ লেপ্পী। কোইয়েং-য়েংই)

অহনজাউ :—হুপী মচা, মনেমদী?

খম্বাল :—( কুক হৌগৎলগা, মফি-মখাল শেনম্নিন্দুনা ) ইবো-
যাইমগী ক্বাদা।

ইবোয়াইমা : (লাউইহৎলুনা) তুমিল্লেৱো। তুমিল্লেৱো।

লৈপাক্লে : – ( মাম্ন লাউদুনা) নঙনা হায়বগা হেক্কা যাববাও ?

অহনজাও :—কৈদৌনবগে তৌবিব সৱো ?

( মাঙগোল তম্না লাক্লগা মখোইগী ৱা তাই। খম্বালনা তপ্না চৎথোক্লগা পোত্থাকা চৎফমগী সিবিথাক্তা অমুক ফমথে। মপুক্লৌংদা ইবোযাইমগী কাবোমদা )

ইবোযাইমা : অহদি ৱা লোইৱে। ঙম্নমক তোংডান-তোঙানা মগী,-মাগী লম্বী, খুংহিং, পুলি ঙম্নমক নীঙ তম্নববী। ( ঙাঙন -ঙাঙনা থোক্লকপদা মাঙগোম্না মপাগা মাইওক্লে চপ লেপ্নী। )

অহনজাও :—( ইবোযাইমদা ) কবি তৌৱে ?

( ইবোযাইমা খুমদে। তুং ইল্লকপী লৈপাক্লেদা অমুক )

করা ৱা ঙাঙনবৈবনো ?

লৈপাক্লে : ঐদী কৈম্নবু হাঙ্গৈদ্রিনে। মঙলাক্লবদোনা থংলাউ লাউ-বকই হাঙ্গৈনা ঈমৌগা ঐগা চেনশিল্লুবদনী, মাতনা পঙসাউদা সাউজবৈ ৱানীনে মনাক্তা চঙবিবক্তু হাঙ্গৈন।

অহনজাউ :—( সাউনা ) অদুবু নঙবু কৈদৌবৈ চঙবিরুরিবনো ? তোংঙাল তাবা অশুপ পামজবা, মসাদা লমন্ন সিংবৈ ৱাখল মচেৎ অমত্তম্ন পোক্তবা লমহুইসিবু অসিগী মনাক্তা নঙবু কনানা চঙবিরুচো হায়বাগে ? পেৎলুম অমা থাংখত্রি, অন্য অমুক। নঙবু নখোই য়াঙদনা হিংবা মুপঙম-ঙমজ-

ত্রবরাও ? হা ? দুঁপঁচম ভমজত্রবাও ? পেন্নিবরাও ? ওক্তিবরাও ? কযাম বানিঙডিবগে ?॰

লৈপাক্লে ( মপুক্লিং শুংশিনা ) ভুংচাই-যাইকা মরাং কাঙ্গি, মরা তপ্পা হিংজগে হাঙ্গৈবদমক মীওই-মপোক তান্নবিবনী, মচা মস্থ সেম্নবিবনী।

অহনজাউঃ— (থক ওক্তুন) মমা-মপাবু ঈবাৎনবিবনী।

লৈপাক্লে :—(মরাইবক্তা থুত্তুম্না শুজত্তুনা) ঐগীদি ঈখোঙনা খোংনা ঈমং খিজবে। ফত্রবা মপোক। হিংঙবৈ মমল লৈত্রবা পুন্সি।

মহনজাউ —সিজখ্রো সিজখ্রো। সা-ঙা, তীশ-কাঙ ওইনা পোক্লুবো। মতুনহুম থবা থুনা অবান থুভম ফংলনী। কৈকান্দগে নঙনা নচান্নুপা পোকই হায়না চাউখোকচরুবগী ? নপুন্সিহৃদা কবিবু ত্তোংজবীবগে ? কবি মহৈবু ফংজবীবগে ?

ইবোযাইমা :—( খাঙওমদনা ) সাবমদাইদা থবক শুদমা হিংবা ওন্ননবা, লমন চাননবা মীতোন্দা চাউখোকচনবা নচান্নুপা পোকপগী বাখল ওইবগদী, মখোইবু নিংখীনা যোকউ। মীকোক খোংনবা, লৈপাকী যাইতোং খমদোংবা, মীখোই মীহেনবা মীসক অমা ওইজবা ওন্নবা মখোইবু মওং চুম্না সেম্মু।

অহনজাউ :—(ইবোযাইমদা মুন্না যেংলগা ) উম। নখোইবু পোকখোক্লগা ঐ থুং কবাং লোন্দুনা ভুমদুনা লৈখোক্লকই। নখোইবু সেম্নবৈ বাখল অমতা থম্লক্তে। খুবাকমুক প কপা

অস্থবা মৈপী চীং

ঈংখোল মচেৎ অমগা, তুগদবৈ শুমীৎ ওাইরনা লৈরবা ম্বাতুম অকৈবা অমগদগী হেন্না, লূপা পীবা পোৎ অমকাওবে মপু ওইজবা গুপ্তজবা ঐসীবু মীনাই নত্রাও ? লুখাক, অত্তা-অপু চাদুনা হীংবা হুই অত্তাওবা নত্রাও ? মোংজুপাম্বাদা লৈরবা লৈত্ত ম্বাল্লবা চেং কৌতা অমথক্তুফাও খোংফম লৈতদুনা চত্তা হোজকপা, ঈংখমথাদা বোবাগী ফৈজুপ মগুংদ। হিংলকপা ঐগুম্বা হুই হৌদোংনবু মচা সেম্নবৈ ম্রাথল থনফম খোকপ্রাও ? নখোইতনা লাইগী সাইওন ওইবনা অচুম হাঙ্গনা সারেপ ফানা, পাঙ্গল লৌশিং মপুং ফানা বি, এ, অমমম ওইনা নমাগী সিয়োম্নংদগী অচম তাবকপনী। ননাউচুপ কো লঙ্ক তম্লিবগীশু মীয়োম্নীঙৈদৈ মসানা মিং চন্নগা খোকচরক্রবনীদনা। (চাইহাক্তং চেক-মোক লাউদে। ইবোযাইমা মরু লুক্লা লৈ। অহনজাউনা মুন্না ম্রাথল থম্বরুবগা সাউনীরনা)

হুম। অসীনশু মথত্তা নাইতোম হিংজগেকাইনা।......

মসীমদী হাঙ্গবিগে - মীমুক তমথিবা সাদো তাইবংপানবা সীদা লৈত্রবনী খঙজো।

ইবোযাইমা:—কৈস্থ লৈতবা তীল কাণ্ড যুরান ফাওবা মনিঙ তম্না মীকুপ থরা হিংলম্নগা মনিঙতম্না গিথিবা চাকনী।

অহনজাউ:—মুরান্দুদী মুংসীৎ-মুংসা চাদুনা হিংবনী, মকী-সেত্তবনী, মহৈ-মসীং তমদবনী, মীবক তীম্নবৈ ম্রাথল লৈতবনীদো ইবুংঙো। নখোইগীদমক্তা পুম্নমক অসী ইনাক খুনবা কনা লাতুন হোৎনবীববগে? মীগী খুৎলঙশু নোংম-নোংমগী খুৎশুম্না থরনা লক্লীদা থম্নাই হীংলকপা নমা-নপা অনীমী নম্বনা

( অশাদাখুদোম্বীনা খিনকুনা, চেকশিন্না )

যেংউ থাজবরা চহী য়াংখৈনিপান্দ চাইরীবনী ঐ ? কনান। ঐবু উবদা চহী হুক্কু তরাণী মথক্কী হাঙ্গিরোইদৌরীবনো ?

( ফিভম হোংলগা )

ফিভম অসি যৌবক্লবদী, মীওইবৈ চৎনবীদদী, নমাগা ঐগদী লৈমা-নিংথৌওম খুয়া তুসীৎনা হিংকম খোকপ্রা খল্লী।

লৈপাক্লৈ :— কত্রবা লাইবকনে, কত্রবা লাইবক। মীকুপ অমত্তা ফাওবা ঈংজবা ফংদবা, তীল কাওগী ফাওবদা মতিক চাত্রবা লাইবক।

ইবোযাইমা :— নখোইনা ঐবু মীওইবৈ খুৎয়োক অমদা য়োকপীবকই মসী ফাওবদী ঐ য়াই। অদুবু য়োকপতনা মমামপা ওইবসিংগী থৌদাং নত্তে। পোকখোক্লবদী য়োকপা তাই —সা-ঙা, তীল-কাও উচেক বাযা ফাওবা খোংবান্দা হুন্দোক্লুবা যাদ্রোৎতে।

অহনজাউঃ- ( খাওকম খওদনা মশাবু ফাথরগা ) ইবুংঙো চাক চাক্লরূ, নাপী চাক্লরো। খাওাওহুদী হাইরূবু, বাখল্লু কাওবা মীওইবৈ নত্তে-

ইবোয়াইমা : অদুবু মীওইবৈ মসক তাক্লবা লম্বীয়চা অমা ফাওবা নখোইনা ঐপীদমক্তদী ওসি কাওবদা সেমবিরক্লি।

অহনজাউঃ— ( পামৈ লৈতনা ) য়েংঙু। মসিনা তাওজবা সারিবসে। (সাউনা) সেমদনবু করম্না নওনা ফীভম অদু ওইরক্লদৌরিবনোনে নাক্লং! নওবু লাইপোক্লাও ?

( ঙাইহাক্তং চেক মোক লাউনদে )

মৈপাক্লে:—( ঈংনা ) মশোং কাবকপৈ মীহুম্না হকচাং কযাং সীন-খুং, ঙাইবংগী অশেংবা সকম মসক লাকপা ঙমজ্রিঙ, সিংলীসীদা নখোইগী মিতন সকক অমুক য়াওশিল্লক পুন্সীগী ঈথক ঈপোম ঈরোইনববা মীকুপ্তু দৈ হৌনা নখোযগীদমক চবম কংলকপনা থাবুম তরা অবা কোকথোংনববা তুং তাইবং-সীদা নখোই লাকপনি। তাইবংদনা অমুক মীওইবৈ কন্নক মীৎয়েং! মহৌসাই যেন্নবা মযাম।

( নিংসা মপী অশা'বা অমা হোম্বরগা )

করম্বা মতমদনো ঐগী নিংসাসীনা অমুক্তং চনীংতানা হোনবা ফংখীবহুবো! করম্বা মীকুপ্তনো ঐগী মীৎসীনা অহিংগী মীকুপ অমত্তং তুমখুন হুনখীবহুবো? করম্বা মুমিত্তনো ঐগী পুন্সিসিনা মসাগী অরা-মুংঙাইগী রাখল অমত্তং নিঙতম্না থনজবা ঙমখীবহুবো পুন্সীগী মীকুপ খুদিং নখোইগী অমাং-অশোঈ-লক্তা যাওন্দুনা লেন্নকখ্রবা তুংহুদা॥

( ইবোযাইমা উচুকুম ফমহুনালৈ )

অহমজাও:—নঙসীবু তাঈবং মীওইবনা সাবা হংগী মীগুম মপোপ ইকাই-কাইদনা পোপ হেক্তা স্তাবকপোই নীংত্রাও?

( মপুং ফাবা সাথেক সাওংগা লোইননা )

ঈপুং লোইনবা অপকপা মপুগী অশেংবা ঈ অহুবু পুখরকই হাঈবগী ঈপু পুথবকলিবা ঈ অহুবু য়াক্তবদা পাখরক্তুনা ওইখী, ঈগী পাখফমনি হাবঈগীদমক "ঈপা"; পাখরক্লিবা

ঈ অহুবু মাখোকহল্প, মাদ্‌না লৌসিনখিবা মখোদাংগী "ঈ"।
ঈ অদুদগী থাবুম তবা চঙনা তাইবং সক্কম সাবা হৌগংলক
পুন্সিগী অরোইবা মীকুপ মালেম নৈদা তিন্নমদাই ফাওবা,
ঈমাগী ঈ চাজ, ঈমাগী ঈনা তাইবং পুন্সি মসক থঙজে
হাঙ্গৈবৈদমক ঈচা, তৎক্রবা ঈচাগী মরী অসিদগী মঙ
ওইরক্লিবনী, থরাই পানবা পুম্বা ওইবক্লিবনী। ঈগী বাবী
মাখুল মুন্না, সেংনা থঙউ নহৈ মালেমদা অসেংবা মী অমা
ওইগে খল্লবদী।

[ ইবোযাইমা থাঙফম থঙদে। অহনজাউনা মাগী মতৌ
যেংলুরগা তপ্না, সুংসিবা খোম্থোক্তা—]

পিবাং অমুক তাবদা ঈমা-ঈপা কাঙ্গৈনেয়ে, ঈমা-ঈপা
ফংজৈয়ে। অনীশুবা পিবাং অমুক তাবদা পলেম-পম্থৌ
ফংজৈয়ে। করি হাঙ্গৈবীবনো থঙব্রাও? হঙ্গীক ফাওবা
নমা-নপা মসক থঙব্রবদী করম্বা মতমদা থঙদোরীবনো?

লৈপাক্লৈ—মালেমদা থাবা যাদবা পোৎলুম হাঙ্গৈবনু মমা-মপানা
পুরীবা মচাগী পোৎলুমসী নত্রনে?

অহনজউঃ—ওসি নখোই হৈবে, সিংলে, নমান্নবা মীরক তিল্লে।
তাইবংগী সুংসিরবা, তুক্কচরবা সুংঙাইববা, কিনরবা, ফজরবা,
হু—পুববা—মচু মালেমগী কুয়ৈ মবক্তা লাইরৈবাকী সুং-
ঙাইববা পাঙউ কযা তাবে, নৈনরে। পুন্নমকসিদৈ হেন-
দোক্তুনা লাইরৈবাক কৈরাক থাবৈ মঙ মঙলী, মঙ তম্লি।
করিগুম্বা নমা-নপানা নখোইবু পোকপীবমদবা খোক্লবদী?
...... পোকপীরমদবা খোক্লবদী?

( ইবোয়াইমা হেন্না-হেন্না খাঙকম খঙলক্লে। কীভম তোইনা তোইনা হোংই। অহনজাউনা অদা পোখাবগী নিংসা মপী অমা শাংনা হোস্থরগা ).
লোই-নাই খোঙতেক মীতাঙ, অমুবী অওৌবী, ফজবী অশীবী ওইনিঙরন্থ ওইসন্থ - পুম্নমক অসীবু খেংনহনবিবীবা নমা-নপা অনিন্থদী লাইনী। মীৎনা উবা লাই। খঙঙব্রা ? লাইগী মসক মুন্না খঙঙুনে তাইবংদা মীখোই মীহেন্নিঙলবদী। নখোইনা তম্মুরিবা লাইরিক অঙবু কৈদৌনবনো ? নমা-নপা হাৎননবা, ওৎননবা তম্মুরিব্রাও ?

(ইবোযাইমা মপাদা অমুক্তং যেংলম্লগা খাঙকম খঙদবগী নিংসা মপী অমা হোখৈ)

লৈপাক্লেং:—(ঈংনা) ঈসাদং হিংজনবগী পাম্বৈ ফাওবা ফংদ, হিংবা চংবগী খল ওন্দুমা লৈরীতৈ, নখোইশু অমুক য়াওশিল্লক নখোইবু করম্না নবুক খলহনগদগে কোইচেল চেল্লিতৈ, নখোইদী পীসক-পীসক, অঙাং ওইবৈ অরাম-খোরাং খাঙমদ সীৎ-সীথ কপসিন্নক নখোইনা কপ্পকপগী খোনখাং খুদীং খমোইদদী তাশোনা থীনজীন্নক—।

(মমীত্তা ঈবা চেন্নকই। অবাবা-মুংঙাইবা অনীনা চপ মাঃনা পুন্নবা, হৌগ্রবা পুন্দীগী মমী অমা তারকই।)
মতমদো। নহা ওইরীদো। ইকাইবা, মুংসীবা, অকীব। মুং-ওনবা, অলাউবা খোঈজবগী পল কয়ানা ঐবু চেকসীন্না ওাক্লম-মীদো।

( কীতম অমা হোংই )

অহুবু নখোইগী ননিং থুংলোই কিরীবনা, সোক্‌প্রবা নমা চৈবা পানশিংদো থুখোইদি। 'কানেনগী নাবা থুংখা মরক, মনী চেৎপা কোইনাখিকী মৈসালোক, নংগী থুংচোং, থুংহুপ লৈতোই মরক্তা পানগী মচেৎ মকাইসিংথু তিল্লহনখি। নোংজু থাংগী তীনকা-কাকথৈ মরক, লৌবুক্তা, পাস্তা, নারক-মোংসোং থুদিংদা পানগী থুম্বা মকোনসিংথু হৈজিনখী। সনা কৈথেল ময়াই-পেরুক য়েনজীন, য়েত্তাং-কেংতোই মাওদা থা, মৈথুবা থরবা পোমেংনবী মৈরীথুদা কাইরবা পানগী লেমহোৌরীবা মরিক মকোন পুম্নমক চাকথেককনখী, উৎ ওনহনখি, মনিল ওনহনখি।

( তাইহাক্তং লেপ্পী। মপুক্কিং থুংসিল্লকই )

মীওই মপোক্ হৌনবা মীয়াম মরক্তা চৎলী, নোম্বী ইমিত্তদী নোংমুবা য়ুমগী মচুং, সেগাইবা পোমফী মরক্তা য়াওনু, অরাম খোৌরাংবৈ মৈশানা পথক্না তাবমগনবা নখোইগী সকম।

( মমিত্তগী পী ভর্ত্ত ভার চিংসিল্লকই )

হৌদ্রবা পুন্সিগী মীকুপসিংদো পুন্নম মবংখী। মতাংগী নখী অমকাওবা শিবা ফংখীদে। তমথীরবা মযামসীগী মবক নখোইনা চুমক্কা য়াম্না ওই, যঙ্গোন কৈরোয়বৈ থোংজীন্না চরীদী ইতৎ তৎ-চুমক চুমক মিত্তাহৌগত্রা ..........

( থাওজাবা অকিবগী নিংসামপ্টগা লোইননা )

হজৌকখুনী-য়াখলসীবু হেক খরু্রবদী ঈশাগে অকিবগী খৌরীনা ক্রক-ক্রক লাকখীরকই পুলিসে লল্লীদা থরাক থরাক য়ান্না থাগুই।

ইবোয়াইমা :—( তাঙম-খাঙওমদনা ) তাজনীঙত্রে। থাঙবিয়নো তোকপীরো! খুমীং চুপ্নে হনজিন-হনজিন। হনজিন-হনজিন। নাকোং অসী য়ৈসিল্লে। ঈসা অসী পঙথরে। ঈচেল অসি লেপথিদোরে! মচাগীদমক্ত য়াজরকপা মমা-মপাসিবু নখোই-দয়াও? মী অত্তেদী মচা খুংশীবা থগুত্রবয়াও?...... মীনা তৌনৈ হায়বগী ইথীবোং থাকপীরকপা, ইকী খোনবীরকপা, ইহৈ তমহনবীরকপা নত্রা হয়েং মপুং ফারক্লগা মহৈ চানবা, নসা নসাহু খুংগাইনবা, কোন্না হিংনবা? লমন পুখোকথীবনী, মতম ওইরে সিংঙকও সীনীনে?

অহনস্নাউ :—য়াত্ত পাদবনা মচা যোকপদী সনাখুন্দা ঈশিং য়োকপা।

নৈপাক্লে :—ঐখোইনা নখোইবু য়োকপনা থম্না থক্তা ঈশিং হান্না।

ইবোযাইমা :—অয়োকপা ঈশিং থল্লীংলবদী অঙবা পান্থৈনা য়োকপা তাই। ( খোঙদৌ সাউগৎনা, পান্থৈ লৈতনা, হাঙদবা য়াদনা )

মসাগী মপুক থম্নবা, মচাসিংবুসু থলহম্নবা সা-উচেক পুম্নমক হোৎনরীবনী। ওমহুনা হিংনরিবনী। ঐখোইশুনী। মহোসাগী লালহৌ কয়াদৈ কনজনবা মম্ম মকোন মখোই

পুম্বা সানৈ। ঐখোইন্থ মুম সাই। কন্নি থেম্নিবগে?

( কীভম অমা হোংলগা )

ইমান্নবা মীরক তিন, ঈসাগী থাজবন্থুতবু থমজবা ওন্নবা করম্বা অকুবা চিনজাক অমত্তং নখোইনা ঐখোইদা পীজবীথীবগে? মপগী মমীৎ নিনিদং মনা মীগী মমাঙদা লেমজবা ওন্নবা করম্বা লংজমগী কিজোল অমত্তং নখোইনা ঐখোইদা সে হলবিথীবগে? ঈসাগী য়াথল নিঙতম্না থনজ, মীকোক থোংনবৈ থৌনা-লৌশিং পোক্লকবা? করম্বা অইংবা কমুং অমদা নখোইনা ঐখোইবু মুম্বীথিবগে?

অহনজাউঃ—[ খোইদৌ য়াম্না সাউগৎনা ] মহু পুম্বা ওইখোকহন-

গদবা লন-থুম ময়ামহুদী ইপাবু পোকপা ঈপু, ঈপুথৌ পুরেন নাককপহুনফাওবা থম্বীরমদেনে ইবুংঙো।

লৈপাক্লে ঃ—ঐখোইবু লাইরাও? হল্লিমথৈ থোকত্ত যাবা মঙগে থেঙঙ য়াইওইববাও?

ইবোয়াইমা ঃ—মীলমগী মমা-মপাসিংনা যোকপা মচাসিংহুদী অমাংবা পুং মথক্তা কা, মালেম পুম্বগী লানবা পাগে হাঈহুনা ঙাইহুনা লৈরী। অহুগা ঐখোইনা পীকপ্রবা পরিক্ষা মচা অমফাওবা ওমগনী হাঈবসী অচেৎপা থাজবা থম্বা ওমজী।

অহনজাওঃ—হৈবোং মথা হীগনদী হৈবোং চাবা ফংঙোই। চানিঙ-লবদী থিবা তাবা। হেকপা তাবা। থিমু। হেকউ। নমাঙদা থু'দানবীনা থিন্নুনা হৈবোং পাম্বীহু সং সং তাকপীরেদনা।

ইবোয়াইমা :—কদাইদনো চৈংবা পাম্বীজবো ;

অহনজাউ :—নঙবু বি, এ, পাস তৌরবা নত্রাও ?

লৈপাক্লে :—নয়াম্বগা নঙগা কুরি খেন্নবগে ?

অহনজাউ:—মুদোনা নমাম্নবা লানবা পা, মীয়ক তিনবদী ঙমজগ নমা নপাদা ঙনসিন্নুনা চাগে হাঙ্গৈরীবরাও ?

লৈপাক্লে:—নয়াম্বনা নঙোন্দে কৈম্ব হেনবা নত্তে : নয়াম্বনা ঙম্বা খবকুদি নঙন্থু ঙমফম খোকইদনা।

ইবোয়াইমা :—(সাউনা) চাংদম্ম। মীগী অফ-কত্ত চাং তমাইনা বা ঙাঙবা হাঙ্গবসে তৌইদবা খবরী। মা বি, এ, নী ; অফিসার ওইরি। মরমদী মা মীম্ব পেলহনবা হৈ। ঐম্থু বি, এ, নী ; খবক ফংত্রি। মরমদী ঐ কনামত্তবু পেলহনবা ঙমদে। লোইত্রে।

লৈপাক্লে :—নঙগী নত্তেংনা ঐখোই হিংগে হাঙ্গবা নত্তে। পুক্নীংসী মুংঙাইহল্লু, খমোইসী পৈলইল্লু হাঙ্গবৈ য়ানী।

ইবোয়াইমাঃ—ঐম্থু নখোইগী নকমদা নিংথৌমচাঙম য়োকপীয়ু হাঙ্গবা নত্তে। ঙসাগী বাখল খনজবা ফাওবত্তংদী নিঙতমহনবিয়ু হাঙ্গবৈ য়ানী।

(ওাইহাক তুম্নিন-মুম্নিন লৈনে। অহনজাউগা লৈপাক-লৈপা পাম্বৈ লৈতনা রেংনৈ মাঙোন্দা কল্লিবা খম্ব লানী অকনবা লৈনো পল্লী। তেজগী মৈ মমথবা হৌই। লোম্ব লাইতনা খম্বালগী মথক্তা ঙাল্লী। ইবোয়াইমা মমা-মপা অনীদা পেন্নবগী অকনবা খোঙোক্তা")

ঐহাক হিংবগা নখোই হিংবগা মরী করিমত্তা লৈনদে। নখোইগী নকমদ থাঙ্গংখিবা হাকং থুদিংমক অমত্তা থাক্তনা লৌ- খোকচবি। মসী ফাওবদা ঐবু নিঙতমহনবীবরোইদ্রাও? ঐ করিমত্তা পামজদে। ঐবু নিঙ তমহনবীয়ো। সুপগী নিঙতম্বা। নিঙতম্বা। নিঙতম্বা।

( ঙাইহাক্তং লেপ্পী )

মপুনা থোশাবিদবা য়ুমস্যা অহুনা মীগী নুথাককোমদা অত্তা-অতু থুক্লক, ইংখোল, সম্বল, মপোৎ মচৈ সোক্লক, অবাম খোয়াংবৈ মৈনা অঙাও-অফৈ ওইবক—মী মোকপা তারক্লবদী, মচুগী থোদাং কনানা পুকম থোকই? ..... কনানা পুকম খোকপগে?

( ঙাইহাক্তং লেপ্পী ফীভম হোংই )

নচাগী খমোইদা সুংনাংবা, ল্যাংতক্লবা, খোঙ্গরাঙ-খোঙ্গসাউবা অমত্তা পোকহন্দ পুন্সিগী অরেপ্পা মীৎয়েং অমত্তুং খমজবা, অরাংবা হাখল, অমত্তুং খনজবা মচু ফাওবগী নিঙতম্বা পীবা ঙমোইদবা লৈরবদী মচা পোকপগী অপাম্বা লৈরোইদবনী। য়ুম পাল্লোইদবনী। মখোৎ কাবকঙে ফাওবকপা ঈথিন নমহত্তুনা খম্বা তাবনী।

( লেপ্পা লৈতনা ঙাঙখোক্লম্লগা মাঙোল লাম্বোকই। সিরিথক্তা ফম্লবী খম্বালগা হাইফেৎ মীৎচানরম্লগা সুমাঙ মত্তোন য়োরক্লই। চপ লেপ্পী। অহনজাউগা লৈপাক্লেগা চুংসিংহনা বা তানৈ। লেঙবীত্তে। ত্তেজগী মৈ মম্বী। ফোরত্তেজ অমদী সাইক্লোরামাগী মৈ তপ্পা তপ্পা ঙাম্বোক- লকপগা লোঙ্গৈনা ঈঙোয়াইমা অমদী খম্বাল মচি অমমমন্না তুম্মীন-তুম্মীন লেপ্পুনা হাখল পৈয়ে।)

ইবোয়াইমাঃ—(খম্বালদা বাখলগা লোইননা) চুমজনে। হন্নীক লৌশি তাবা নহারোল অমম্ফাওবা য়ুম পানবই বাখল নিঙতম্না খম্নবা ওমদে চহী তরাতংবৎ-নিপান মুবদগী ফাওনকপা বাইওলোজিকেল অজ মথে ইনা যাম্না ৱানা থিংহনা পম্মী।

খম্বালঃ—( মখৱাই গুংঙাইতনা ) ওমরোই সানীকো ?

ইবোয়াইমাঃ—(চংশিন্নকুনা) খম্বাল, নহাক্কী ঐগী লৈমরেনবীনী। মুপী পুম্নমক্কি থক্তা নহাকপু ওালহনিংবনী। অহুগবু সেগাইবা কী'রাল সেৎ, চনিঙ-চমাং সম্নদ, মুপ্নগী পৈশা মতাগীদমক, চেং মেরুক অমগীদমক চাক্নীবগুম নহাক্না মীগী খোঙজিল লেপ্নুবা।

(থাঙগুমদনা, নীংবা কাইনা)

খম্বাল, মহু হ'ঈগু। ঐ খাংব ওয়োই। মহু উন-উনা ঐ হিংবা ওয়োই!

খম্বালঃ-খোঙতেক মীতাঙ কযা সনা কৈদেল মযাইদা, অথাম্না খুঙগং, চীং-মান, থবক মুফম কযাদা, বেলরেম প্লেটফোমদা, কৈস্নমসঙ কয়াদা হিংলী। ঐখোইদী কৈদোবগী ওয়োইদো-রীবনো ?

ইবোয়াইমাঃ-( অকিবগী খোম্বোক্তা ) খম্বাল, ঐ নঙবুদি খাজে। ঈসাবুহু খাজে। অহুগা, তমথীবা মীসিংলিবুদী, মখোইনা সেম্বা খুম্নাইসীবুদী ঐ খাজদে। মাঙ্কেমগী করম্বা চাউখৎপা লৈপাকসিংদা, অসীগুম্বা খোঙতেক-মীতাঙসীং অসীনা অসী-গুম্বা খুৎহিং অসীদা হিংবা য়াওবগে ? নঙবু

কিত্রাও ? খনজিঙ্বদা নঙবু নিংসা হোনবা ওল্লিবরাও ?

খম্বাল—তমথীবা মীসিং অহুদগী খুজীন মমাইমুক চাউব। মতেং অমফাওবা ঐখোই নিরোই। ইবানীতা নিঙতম্বা হীংগনী।

ইবোযাইমাঃ—( খাজদবৈ মীনোক ) মহগী মতমদু য়োরববনে ?

খম্বালঃ—মতমদ য়োল্লি হাঈদুনা ওাইবা যাবীববনে হুজীকপো ? অহিং অসী হেক হৌথিবদা, নহাক্কী "ঐ" অসে অতোপ্পা "ঐ" অমা ওনথ্রগনী। সুপসোই সোইদনা। ন স্থোল্লিং-ঙাই লম্বী স্থপ্লে লৈতনা।

( মপুল্লিং ংশীরকই। মীংলুদা ঈরা )

ইসা ইথম্বা ঙাক-সেনজনবা লম্বী যাম্না থিরম্বনী—নংঙোন্দা হাঈজরুবগা অহুম্না নসা কনখোক্লকনী হাঈবা খঙবদগী হুজীক্কী চেনব যাত্রবা পোফমদা লৈরে। ঐগীদী নঙ নত্তনা কনা লৈ ? কনাদা চঙজরুনী ? কনাগী মতেং নিজরুনী ?

(ঙাইহাক্তং অমুক লেপ্পী )

তংশেংবমক্কী ঐনা লানবনা। নহাক্কী অশেংবা নসক্কী সক্কক লিসিং খোকপগী অমা ফাওবা খঙবা ঙমদবী পঙলবী ঐনা নঙবু হুংশীরুবনী ! নঙবু খমোই য়াওনা খাজরু-বসে ......

( খাঙওমদনা কপখোক্লকই )

ঐনা লানথীবনি। ইম্মানা-ইসাদা মীনমজরুবনী হাৎ-তোক্লবা লাংখাকচরুবনী।

( হীক হীক লাউনা তপ্না ফাথবগা )

ফৈ ৷ ঐ ঙম্বমথৈ খাঙগনী। ইবাম্নংগীনী।

কৈস্থ বেরা লৈতে ঙমল্লে ঐ চৎথীনী। সেন পাইবা মিংচৎ লৈবা, ঐবু লুনা তৌবীগদবা মুপা। অমগী মুপী ওইকনি। নিংতম্না হিংলুনি। অহুবু মসীমদী খঙবিগ্ন— থমোইসিদ নঙনা হকখীবা খাঙফম অসীমদী মপোকসিমৈ মুৎলবোই· মপোক লাংওন কযা-কযা তাইবংপানবা অসী চাকখিদোরী মৈগী কোমজাও ওইনা। অহুগা, ঐগী থরাইনা মৈহুংহুদা খাঙখিদোবী সিঙম নাঙমদ, ক্রিং-ক্রিং চোংনা।

[মমাই লুকথহুনা ঙাইহাক লৈ। ইবোযাইমা যাগদ-বগুম মঙোন্দা যেংহুনা লৈ। থম্বালনা ঙাইহাক মমাই লুকথরুরগা নিংসা মপী অমগা লোইননা তপ্না হাইগৎলহুনা ]

ফরে, চৎথবো। ঐস্থ চৎখ্রগে।

( থম্বাল চৎলগে হাঈহুনা মমাই লৈথোক্লকপদা ইবোযাইমা থম্বালগী মপাম্বোম ফ।ই। থম্বান্না মমাই লৈশিন্নগা মীৎ চানৈ· তপ্না চংসিন্নে। অহুদগী খঙহৌদনা চেজেৎ কোনসিন্নৈ। ইবোযাইমগী মথবাক্তা ঙাহুনা থম্বালনা হীক-হীক কপ্পী )

খঙহৌদনা মম্নংদগী হুং হৈ হা হে হিং · হায়বা ঈরাই-ঈনিল অমনা মবানীবু তপ্না তপ্না খাইদোক্লহল্লগা হান্নগী ফীভমদা

তাইরি। অহুদগিদী মী মরি অহু মখুৎ-মখুৎ শম্নরুনা লৈ-পালগী শক্তম লৌ, অমম্বদগি জিবি জিবি চেম্থোক্লরুগা খম্বালগী আকোইবদা কোইশিল্লকই। শুম কোইসিল্লক, শুম কোই-সিল্লক— মমৈদদি হিংচাবৈ শক্তম লৌবগা খম্বালবু মথোই মবিনা তাপ ফাহন নোংদোন তম্না ফৈনা থাজগৎপ্রে। মৈ পুম্নমক থংমম মম্মী)

খম্বাল:— (অমম্বা মবক্তা, অবিবা পাখৎপা খোঙাউদা)

হো ইমা·· ।

(ভেজগী মৈ থংঙ'ন ছাল্লকপা মতমদদী খম্বাল লৈমাই মথক্তা লোংনা তাদুনা লৈবম্মী।)

ইবোযাইমা:— (স্ব ই লাউনা) কবি তোরে?

অহনজাউ-লৈপাক্লে:— কবি তোবে ফুপীমগা?

(অহুম্মক খম্বালগী মনাক্তা চেনসিল্লকই। লৈ-পাক্লেনা খম্বালবু কোনথৎলী অহনজাউ লুকথ-দুনা খম্বালগী লৱাই-লেম্ফুদা লাইৱা কাম্মী।)

লৈপাক্লে:— (নিংসা থীনা) খম্বাল। খম্বাল।

(ইবোযাইমা নিংসা থীনা চাকসঙ কায়োমদা চেন-াসনখি। তানজাসিদা ইবোহল দাউন লেফতম্মী চঙলকই।)

ইবোহল:— (তৌবম্নিবা মতৌদুদা অঙকপা মীৎযেংনা কোইয়েং য়েংলুরগা মমাদা)

কৈদৌবববগে?

লৈপাক্লৈঃ—খঙদে। নপাগা ইবানী মাঙ্গোলদা বাবী সারিরৈদা খং-লাউ লাউবকই। পাখংতুনা যেংখোক্লকপদা তৌরমলিবসৌনী।

(লৈপাক্লৈনা খম্বালগী মখোঙ-মখুৎ নোইরিরৈ, ইবোযাইমা খুজাই অমদা ঈশিং খবগা তাই বন-পুংফাই মসা অমমমগা হাপ্তুনা পুখোক্লকই। অহনজাউনা মহু লৌবগা লাইরাগা লোইননা খম্বাল-গী মসা সিনবা থুংনা চাইবী। খম্বাল লৌশিং তাবকই। তপ্না হৌগ লকই। মীৎযেং ইঙাও-ঙাওনা মযামদা কোইনা যেংই। লৈপাক্লৈনা খর তপখবক —)

করি তৌরে হুপীমচা ?

খম্বালঃ—(ইঙাও ঙাওনা) মি মবিখক। সন্নাউ সন্নাউমুক হেক চাউবা (লেক স্তেজগি মখক্লোমদা খুদোনবী খিন্দুনা) যাঙলেন অসিদগি ঐ তম্না পাইখবকপনি জিবি-জিবি জিরি। মখাঙ অনী-অনীনা মিরাংদা লেপ, তরুক-তরুক্তু থাঙগৎ-লগা, মথযাৎ-মথয়াৎ অহু অরৈবমখৈ কাখোক্তুনা ....

ইবোহল ঃ — (মুন্না যেংলগা কন্নক পেন্না)

চাননা য়োংসিনবিবমক্রিখদো নরাইবক ফবিবনি !

খম্বালঃ — (ইবোহলদা মুন্না য়েংলগা সিংননা) ফত্রবা মিসিং অহুগি লুচিংবনা নঙ। নঙগি মিরাংদী মৈ চংলিবা ইলেক-ত্রিক বাযাবদগি হেন্না মতিক মযাই লৈ। মিবাংনা ফাবিবা মি কথা-কয়াগি ঈ, নঙনা মহাক্ত তংই; নখোই মন্নাম থক-মিমৈ। অহুবু খঙউ— নোংমদী নোং-মুংসৌৎ লাকনি।

মিন্নাং পুম্বা তৎখিগনি। মি পুন্নমক কংসি সিখীগনী।

( পোখ্বা-কা ফাওতুনা তুক্ষম-কাবোমদা কাখৎখী।
ইবোযাইমনা তপ্না মাগী তুক্ষম-কা তন্না চৎগ্রগা
তুম্মীন্না লেপ্তুনা রাখল খিল্লি।)

ইবোহল :- ( থম্বালগী তুংদা লাক্তুনা ) ঙসীদী মিদমক মবাকই।
মথংদদী লিন। লাইরেন। চীংলাই।

[ সীবী থাক মখোঙদা লেপ্তুনা থম্বালনা কাখৎখিবতু
যেংলুরগা হন্দোক্তুনা সোফাদা ফম্লগা চুকপ চম্মী। ]

অহনজাউ :- [পোখ্বা কাদা চঙলক্তুনা] ননাউ অতোনবৈদো ইবুং-
ঙো, ঈপা হুজীক চৎলুবে। হুজীকমক লৌথোক্লরো হাই-
বকই ; মখোইগী চে চাংতুম্নু পাইবকএ।

( চে পুখোক্তুনা উৎলী। ইবোহলদী কবিমত্তা
থৌশাদনা চুকপ চিংতুনা লৈ। অহনজাউনা মচাগী
মওংতু ঙাইহাক্কং যেংলগা )

কমদোসীগে? ঙাইহাক্তুং য়োকুগেবা? ঈপা চংকে হাঙ্গববু
নখোইগী থোক-থাক মযামতু হৈনদেনে।

( লৈপাক্লে কাতুদা চঙলকই। ইবোযাইমাম্নু মাগী
কাদা বা তাই ফমুংদা তুমিন ফমতুনা )

ইবোহল :—( খোইদো সাউগৎনা ) কৈদৌবৈনো পাবুংনা জামিনগী
বা নোম্বীরুরীবা? য়ুমসা ফাওবা নারাংহল্লবদী লমসা
ওল্লকপা মসানা তাবনি মমান-মমান্নবগা লানবা শাবদী
ঙমদে ; মীগী অসোইবা, অচেৎবা থীতুনা, মখোইনা ঙম-
গদবা মীগী মমাঙদা নিংথো সাতুনা, — করিনো মখোইনা

ঙৌজ সাবী বা ? ঙাম্নয়ে হৈ, ঐখোন্দা মখে হৈগী বা হৌ-
দোকপিরকনু ।

নৈপাক্লে :— [ ঈংনা ] ঈয়েমখাক্লী, মুন্না খল্লু খল্লু ইবুংঙো।
' কনাদা তাই— লাদা তাই !' নংঙোলদা অচুম তাদোবিবা।

অহনজাউ :— সাউইনা কান্নবোই ওইবা যাবা রা থন্নসী হুপামচা।

ঈবোহল: পাবুংগা ঈমাগ অচুম খন্নবিবো । ঐদী যাওজববোইযে।

( খৌসাদনা চুকুপ চিংই । অহনজাউগা নৈপাক্লেগা
মুন্না যেংনৈ । ইবোহলনা খোইদৌ খংসাউ সাউ-
গৎলহৈনা )

অমনা বি, এ, লুখাক্লা। কিথুম পুবা!! অমনা লমজা সবা।
হুই অঙাওবা!! মখোইবু কনানো-কনানো ? মসা-মসাগী
মশকপু থঙজবব্রাও ? মথীবোং খন্নবা রাখল থনগে, থবক
তোগেদি হাঙ্গদনা— থুন্নাইলোন। নৈঙাকলোন। সেস্থু ম-
লোন। নৈপাক্লী রাখোক-লাম্থোক। কৈদৌনগে হাঙ্গবি-
বনো সামু মতুংদা পেনা খোংলগা ? মখোইবু কবি খঙ-
লবগে নৈপাকসিগী মবমদা মীওইবগী মবমদা, মতম-মতম-
চুগী পুন্সীগী মবমদা, রাখোক ওইবীদী মখোইসীনী।
মখোই হান্না লোইসিন্ত্রিমখৈদি নৈপাক্লী রাখোক নেমহন-
খিবা যাখিবোই।

( এসত্রেদা চুকুপ মুথংলি )

নৈপাক্লে :— চংনবা যাবোইদবা রা ঙাঙসুদা মুপামচা।

ইবোহল :— যাত্রা যাদববা— থবক ওইনা হেক পাঙখোক্লগা
খঙেদনা।

অহনজাউ :—( মচিং লাকুনা ) মনাউ অনীশী হাপ্তোক্লগে হায়-বিরমনে ? ( ইবোহল মপাদা য়েংই ভক্লা ) কৈনে ভম্-ডম্নি হাঙীরবদি। দুপা থোকই হাঙীরিবনিনে। চানিঙবা চা, সেংনিঙবা সেং-নৎতম্বা নিঙ্ত ওন্না হিংউ। ঈমা-ঈপা কনানো ? ঈচিন-ঈনাউ কবিনো ? অয়েংপা অখিংবা শীবা পুম্নমক খুদক্তা মথল। থবৎ থবৎ॥ অহুত্তদা মী ওইনা হিংবা ঙমদোরিবনি। ঐহোক্পা কাপ্পবা হেক শি-রিবমখৈ মচৌনথাক শীজহনা মমসাম থাকপিগনি। কায়ম-য়োই থনবা পুমিত্তা থোক হেক হাপ্তোক্তুনা চাথোক্লগা লোইরেদনা। মমমু মীওইবৈ লমচৎ 'মীয়মচৎ' কৌই।

ইবোহল —( কল্লিমক্তা থোসাদমা ) ঐনা হাঙীজবদী মখোইমুম্ন মনিঙ থর্লা ভমহনবিয়ো হাঙীবৈ রানী। মখোই মমসা ওইনিংলে, লমসা ওইনিংদে। কমামমতগা মবী লৈননিংলে। মীয়োন ওম্নীবা য়ারবোই খঃলবা উচেক্তুমু কৈদৌবৈ কাক্তিন্দুনা খম্বিদৌবিবনো ? থাদোকপিখো লমগাংদর্লা, কৈন্দুমসঙদর্লা—অফংবা মফমদা ময়াইনা হিংজরুনি। মীসে-অথাবা হেক নংত্রিফাওবদী অসেংবা মতিং ফুদোক্তবনী।

( ভাইহাক লেপ্পী। ফীভম অমা হোংলগা )

ঐবুদি পাবুংনা থনবিনিঙবা মঙংদা থনবিম্ম। কৈন্দু হাঙীজদে। মবমদী ঐগীম্বু ইসাগী ওইবা ফিবেপ লৈজরী। ঐম্বু থঙই-মখোই ঈনাউনী। ঈবেমংঙ্গী। অহুনা মখোইগী যাইক তুংলমচৎ সেম্নবৈদমক মতম থুদিংমক্তা ঐ থোৱাং তৌহনা

লৈবিবনী। অঙ্গগা মবম-চাদবা ওক্তবা থবক্কীদমক্তদা ঐ মখোইদা পুক্কিঙ চঙনিংদে।

(সিন্নি থাক মথক্তা কাখৎ'ক তৌবমক্তদা থম্বালনা মথক্কগী কুমথবকপগা মপা চানদুনা মাইয়োকনৈ। ঙাইহাক মীৎচানরিবৈ অহনজাউগা লৈপাক্লৈগদী সুমাঙ তম্না থোকখ্রে। মতম অমত্তদা ইবোযাইমসু মাঙগোল য়ৌবকই )

লৈপাক্লৈ :-( থোক্লক-থোক্লক্লা, নিংসা থীনা ) কমদৌসিগে?

অহনজাউ :— ( নিংসামপী হোন্থরগা ) কমদৌনি। নঙ ঐগীদী অততাইনীদনা।

ইবোযাইমা :—( সুমাঙ তম্না কুমথবত্তুনা ) ।ঐগীসু অততাইনী। ইবোপিসক মাঙবা যাবা মীনত্তে।

( চুমত্রিং দাউনলেফতলোমদা থোকখি। রাহু তাবদা থম্বালনা পোম্থা কাগি মচৌন ফাওবা, ইবোহলনা মাগী তুং ওইবপ্না চথোক্লক্লগা মানা থোকখিবহু য়েংহোই।)

অহনজাউ :— ( লৈপাক্লৈদা ) ঐসু ঙাইহাক যৌক্লখিগে। হেক য়ৌক্লবগা লাকমিন্নরগদবনী। চাক মৈ থাগ লম্মো।

[ দাউনলেফতলোমদা থোকখি। লৈপাক্লৈনা তুমিন লেপ্তুনা যেংহোই। থম্বালসু সিবি থাক্ত কুম-থবক্লগা লৈপাক্লৈগী মনাক্তা লেপ্তুনা চৎখিবহু যেং-হৌই। ইবোহলনা তপ্না চঙসিনগ্রগা সোফাদা কমথহুনা বাখল থন্নী।

স্পোত্তলাইত্তনা ইবোহলগী মথক্তা ঙাল্লি। তপ্না তপ্না স্তেজগী মৈ মমথবা হৌবগা লোইননা মচুংদগী পুং অমদি করতালগী মখোল তারকই। মতুগী ঈপোম-হুদা লৈপাক্লেনা মাঙ্গোললোমদা, থম্বালনা দাউন-রাইত্তলোমদা তপ্না-তপ্না চঙথি স্তেজগী মৈ মম্মী।

সাইক্লোবামা অমদী ফোব স্তেজগী মৈ ঙাল্লকপগা লোইননা বেন্দ পার্টিগী মখোন অমা তারকই তাল নাইনা চৎপগী খোংথাংগা লোইননা। তালতুগী ঈপোমগা লোইননা মী ময়িনা দোলাইবেং ওইদুনা থম্বালবু দোলাইদা হাপ্পুনা পুবকই। স্পোত্তলাইত্তনা ঙাল্লিবা মফম চপ চানা দোলাই থারে। বেন্দ পার্টিগী তাল শ্লো মার্চতা ওল্লী। মী মবিনা থম্বালবু ডিউতি ওকই, লৈপাক্লেস্থ যাওই। লৈপাক্লেনা তরাম-তবাম থম্বালবু পুসিনগে তৌবমক্তা, অমম্বা মবক্তগী হিংচাবগী খোঙ্গাউগা লোইননা ইবোযাইমগা ইবোপিশকা চোংথোরকঈ। ময়াম চপ-চপ মান্নৈ।]

ইবোযাইমা :— লুহোংবা যাবোই।

ইবোপিসক :— লুহোংবা যারোঈ।

ইবোযাইমা :— কবুই কৈওইবৈ উত্তোং মনিঙ ফুন্দবি।

ইবোপিসক :— তুম্বা কাইত্রি। লীকুং তেক্তি।

ইবোযাইমা :— ললহাম্পুংগী কাকফৈনা মনা হমাই শাদরি।

ইবোপিসক :— য়াবৌদগী সঙাইনা মচি কেকু থোক্তরি।

ইবোয়াইমা :— মমুং তরেং উনদবি।

ইল্লোপিসক :— থবাজোনমু হল্লকতরি।

ইবোয়াইমা :— লৈপাক-চাক্লোন সেমদোক্করি।

ইবোপিসক :— খুমাইলোনমু হোংদোক্করি।

অনীমক :— সেঞ্জোন, খুমলোন, লৌচৎ-লমচৎ, তিঙগাকোক তিঙগাকোক। লুহোং-কৈহোং, কুমহৈ-ফিওং হোংজোং-হো হোজোং-হো।

ময়াম :– ( মবানীদা ওনসিন্দুনা ) লৈঙাকপনা লৈঙাকপা। লৌমী থৈনা লৌউবা। সেনবুসিংনা সেনপাবা। সীন্নীথৈনা সীনসুবা।

[ থমা ফনবা খোল্লাউদা ]

কান্নবা থবক– মাঙোকতা পীথোকপা'। তঙাইফদ ছীবম-ঈসাগীভা যেংবা। ইমা-ইপা তোকথোকউ। ঈচা ঈমু শেলহল্ ঈসাগীভা সেংবনা ঈতু-ঈচা চাওথৎলী। নয়ুম হেক পানবগা নচীন-ননাউ খাইদোক্লৌ।

( যাম্না থুনা অকনবা খোল্লাউদা )

লৈপাক সেম্মু। নিংথৌ সেম্মু। নসা সেম্মু। মীযাম সেম্মু। ফো'বগীমু ফোংনা, শোনবগীমু লোম্না খাৎ-তা বোম-তোপ, অঙম-অঙম হাংনসি। মীনা খুলাই পাইজিবৈ খুদোংচাবা লৌহৌসী। সেৎ-সেৎ লেগাক কাই। সেৎ-সেৎ সেগাক কাই। —

অনীমক : ঈসিংচাওবী। মৈচাউবী। ভিনকা চাউবী। কাকফৈ চাউবী। য়াঙলেন লীরুং প্লোক। কোকী ছুম্বা সেৎ। —

( মবানীগা ময়ামগা অঙম তাম্নৈ। লানবা পানৈ। )

ময়াম :— সেৎ-সেৎ সেগাক কাই।

অনীমক :— ঈসিং চাউবী মৈচাউবী।

ময়াম :— সেৎ-সেৎ সেগাক কাই।

অনীমক :— তীনফাচউবী। কাকৈ চাউবী।

অনীনা মখোই মরিবু অমম্বদা তকসিনখি। লৈপাক্লেম্ব পাখৈ লৈতনা চাকসঙলোমদা চঙখি। খম্বাল মখত্তমক মাঙগোল [দারীদা খোঙ য়াম্বহনা কম্নগা ভুমিন্না বাখল খম্দুনা লৈহৌই সাইক্লোবামা :অমদী কোরম্ভেজগী মৈ মম্মী। ত্তেজগী মৈম্নুঙানথৎলকই।)

ইবোহল :— ( ফুক হৌগৎলগা অফিংবা খোঞ্জেলদা )

খম্বাল। খম্বাল।

খম্বাল :— ( তপ্না চঙলকতুনা ) কৈদৌরবগে ?

ইবোহল — ইবোযাইমদী ?

খম্বাল :— ইবোপিসক লৌরুনি চৎখিবদাইনে পাবুংগা!

ইবোহল :— ঈমাদী ?

খম্বাল:— ইমুংদা!

ইবোহল :— ফম্মু।

( খম্বাল চঙরুনা সোফাদা ফমথৈ। ইবোহলনা নঙোন্দা য়ুম্না য়েংলগা )

নঙ করি পাম্মী ?

খম্বাল :— করিনো ? কৈদৌরবগে ?

ইবোহল :— ইমুংসীগী মরমদন্থ হাঙবা ?

খম্বাল :— ঐগী করি হাঙনিংঙাই লৈবগে ? ঐগী পাবুংগা ঈমাগনা নঙবু পামজহনা, য়াজহনা, কিজহনা , অহন-লমন মসেন হাঙনা সীংনহনা ঐ নঙোন্দা লুহোংলকপনি। ঙসিদগী চহী অহমগী মমাঙদগী হৌনা ঐ য়ুমসিগী মৌ ওইরকপনি। ইমুংসিগী চংনবীদা, লীচৎ-লমচত্তা ঐ লুপসিনখ্রবনী লুপ-সিনকম খোকপা মবমদগী।

ইবোহল : — ঐগী ইরমদদী ?

খম্বাল :— নঙগী নরমদা করি ?

ইবোহল :— অপাম-পামদ ?

খম্বাল :— [ নোকুনা ) চহি অহমগী মতুংসীদা হজীজা ইনৌ-নৌনা যাহং অহু হংলক্লিবা করিগীনো ?

[ঙাইহাকুং চেক-শোক লাউনদে।]

খুম্নাইসীগী চংনবীগী খৌরনা পুন ঐ নঙগী লুপী ওইখ্রব-নী। নঙনা ইপুরোইবা। নহাক্না অপাম-অপাম্বা পুন্সি লগী খম্নুনা চৎপদা ঐগী অখিংবা করিসু লৈত্তে। ঙখ্রিব-মখে নতুং ইনগনি। ঙমক্ত' মতমদা হাঙবকনি— 'ঐ নঙগী নতুং ইনবা ঙমদ্রে।'

ইবোহল :— অহুখক্না রারব্রনে ?

খম্বাল (— মীদৈ হেনবা কবিবু লৈরিবগে!

ইবোহল :— নঙ ইচম চম্বী খুঙ্গঙগী লুপী নত্তে। হজীকি লুপীনী মতমসীগী চানবী।

খম্বাল :— [ মথাই সোক্না ] অহু ওইর' কৈদৌ হাঙরিবনো ?

ইবোহল :— ঐভোম্মা নখমোই সেংদোকপত্নু ঐ পাম্মী।

খম্বাল :— সেংদোকখ্রেনা চামবক, লৌশিংলক। ঐনা ভম্বা খবক মুদিংমক্তা ঐ নঙগীনী। সীদে হেম্না করি সেংদোক্লিভাই লৈরবগে ?

ইহোহল :— ( খম্বালদা মুম্না যেংলগা তপ্না ) ঈমুংসীগী মীসিং অসি কয়া কমানো— নঙম্নু খঙলেদ্না। ঈমুংসীদা লৈবম্বা মীকোক মঙা— পাবুং, ঈমা, ঐ, ঈনাউ অনী ; অনৌবা লাকপী নঙগা তরুক। ভম্মক মসা-মসাগী

য়াখম্না থাইদৈ চুম্বনি খনবা ঙাক্কনী। অচুম্বা হাঙ্গৈবসী অনী সুম্না লৈবা য়াদে। অহুনা হুজীক্তী, ভম্মকসী অমগা অমগা তোং-ঙান তোংঙান তানবা তাই। মসা-মসাগী লম্বীদা মনিঙ তম্না হিংনবা তাই। মহুদা অঙম্বনা হিংজহৌবা, ভমদবনা মুৎচখিবা।

( ভাইহাক তুমিন লৈনৈ। কোঙদোকফম খঙদনা মীৎচানৈ )

খম্বাল :— ঐভোন্দে পাম্লিবসিবু কবিভো ?

ইবোহল .— নঙ ঐগী নীচঙদা লৈবা তাই।

খম্বাল :— মহু নত্তবা। তোংঙান তাবৈ য়াখনবু হ ঈব ?

ইবোহল :— ইবোথাইমগা মুবোপিসকা য়াম্না তোঙ্গনা ঐখোইদা য়াকৎ খাঙগৎলী— ঐখোইবু খাদোকপিবো। ইথৌনা-ঈরৌশিং ফুদোকচবা ভমজত্রে।——

খম্বাল — (ময়ক খত্তুনা ) অহুনা মখে.ইবু মনিঙ ভমহনখিবা ?

ইবোহল :— মখোইগী মনিঙ থুংজখিনবা।

থম্বাল :— মচুদী তৌহৈরে।

(তাইহাক তুমিন লৈরে। মীৎচারে। থম্বাল তুপ্পা মক লুকৈথে। ইবোহল নিংসা মপী অসাংবা অমা হোন্দোকই।)

ইবোহল :— অহুম হাঈনা খুম্মকনি হাঈববুদী ঐপু হায়া খঙল-বনী। অহনবী মীচঙদা লৈকম থোকপী নঙবু অমুক হয়া মীচঙ খোল্লিবা।

থম্বাল :— হজীক ঈবানীনা মবানীগী মম-মপানী। অহল-লমম্নী। পাবুংগা ঈমাগনা নখোইবু সেম্বী—যোকপিবকপগুম, ইবোয়াইমপা ইবোপিসকনা মথন-মন্তা হিংজনবা লম্বী কংজি ফাওবা, ঐখোইনা মখোইদা লমন পুথোকপা তাই।

ইবোহল :— মীওইবৈ কাওখুন মুৎথৎনবৈদমক্তা?

থম্বাল :— মচুদী মীচমগী বাখল্লী।

ইবোহল — মসীবু 'অচুম্বা' কৌই। অহাউবা, কজবা, শুংঙাইবা মসক খঙননবা অচুম্বগী সক্তম। নোংদোন পকপা নুম, মঙাসিনগী পোৎ-চৈ, তরঙ থোকচৎকি বান্নী, খোইদোক-হেন্দোকপগুনা ঙঙদবা য়াদবা পোৎ-চৈ ওন্নকপা-কন্নি হাঈবিবনো? তুবৎ সমজিংগা হাঈবা তারবদা ঐখোই সেনগ্লাউ পাঈবা মী ওইবা তাই। হয়েং তুংদা ঐ-খোইগী ঈচা-ঈস্নুশিংনা মসাগী লম্বা সেমজবদা খুদোং চাহোনবা।

থম্বাল:— নঙগীদী অদুনা লোইরে। অদুদ হেনবা কবি খঙলিবগে ?

ইবোহল :—মসিবু 'মীওইবৈ চাউখৎপা' কৌই। চাউখৎপসীদা ম্নাওবা ঙমজ্রবা মীশুদী যাবে সায়োকসহৎদা গোবিলা নত্রগা সিপানজিগা থম্মিন্নরুবা।

থম্বাল :— ( ঈংনা চেবসিন্না ) মসাদা অপাম গুংসি ঙ্গহৌরকঙৈ সা-ঙানা ইকাই-ইকি খঙদে, অপাম-গুংসি অদুনা মখোইবু খুত্তম চনখি। অসাউবা অমদী বরুক-মিহৌব-না মমা-মপা, ইমচিন-মনাউ, মচা-মসু সক খঙনহল্লে। অঙম-অঙম হাৎনহল্লি। সুমহৎলাং কযানা সুমহংখিবদগী নৎত্রগা, ঈগী মহাউনা ময়াই কারকপদগী মসাবু থাজিন-জৈ। গুংনাংবা অমদী নাপলনা মখোইবু ঙাওহনখিব-দগী মকন্থৌনা মবল ফোইদৎ মসানা মসাবু মাঙহনজৈ।

[ নিংসা মপী অমা সাংনা হোৈই।]

ইবোহল:—[করেম্নবা মীনোক ] অরাংব রাখল্লোন। রাংউলোন।

থম্বাল .— [সাউনা] নঙবু লৈপাক মচা তাবা, মীয়ক তিনবা মীনী হান্নবদাই ?

ইবোহল : - [হান্নগী মীনোক্তা] উম। সেলগী মপু ওইবিদনা।

থম্বাল : মহে হৈতবা কান্ধ থাঙ।

ইবোহল :— সেল পাঙ্গদবা কান্ধ থাঙ।

থম্বাল : — মহে হৈবা মীদী মফম খুদিংমক্তা চৈরে। তাইবং পানবসী মডোল্লদী অমত্তনী।

ইবোহল :—সেলদী মীওইবৈ থবাইনী। সেল পাইবা মীগী মথুত্তা তাইবংপানবৈ খুজ্জী লৈ।

থম্বাল :— মহৈ হৈবনা সেল তানবা লাই। সেল পাইবনা মহৈ তানবা লুই।

ইবোহল :— মহৈ-হৈবা মীসিংঙু মবুক থনবা ফংজনবা সেল লৈবা মীগী থুয়া থাদা ভুবৈ।

থম্বাল : - মহৈনা মীগী থমোই খোনবা ঙমই, সেলনদী ঙমদে।

ইবোহল :— মপা-মপু, মবুথৌ হাক্তক্তে মচা-মস্থু-সুথাঙ ফাওবা সেলগী খৌবিনা নাম্থোকপা ঙমদনা পুন, মীনাই-নাই-থাঙ ওইনা মথাইডু লল্লিদা য়ান্দুনা হিংবা মী কযা ঙসি মালেমসীদা লৈ।

(থম্বাল য়াথন্দা উংদুনা তপ্পা-তপ্পা পোথা-কাগী চঙকম সিরি থাক ফাওবা লাকই। ত্তেজগী মৈ মমথ। মবানীমক মমি ওইনা উবে।

মহৈনা শক্লবা কোকী অরাংবা মক্তীক মযাই, মুপী ওইবীগী নীংথীবা, কজবা, অথোংপা, অমেংবা, মীওইবগী মীয়ুংসি খৌজাল, অচৌবা পুকচেল— সেলবু য়াওব্রবদি ঙমমক মমিংতনী। চাক যাওদবা চফু, মুক যাওদবা কলম, সেল য়াওদবা সেনগাউ॥

(থম্বাল তপ্পা-তপ্পা মুমাঙ ফাওবা লাকই। ইবোহলদী অমম্বা অবক্তা অতুম ঙাওলি।)

সেলনা লৈপাক সেম্মী, লৈপাক ঙাকই, থবক ফংহল্লী। অফিসার, লৈঙাকপা ওইহল্লী মীচঙ লৈজদবসু খুৎ কলহল্লী। লোইমচাবু নিংথৌ মচা ওইহল্লী।

[স্পে ওলাইতনা থম্বালগী মথক্তা চাল্লী। ইবোহলনী মমি ওইনা অহুম ঙাঙলি ]

চনিঙ-চমাঙ সন্নরবা মীহুদা] নোবেল প্রাইজ কংবা যাবা কোক লৈসন্নু কৈদোনদৌরিবনো? সেল পাইদবা কাঞ্চথাঙনি নোবেল প্রাইজ, অনৌবা পোং, মীগী ইকাই খুম্নবা পুম্নমক জীয়ো! তিঙগা কোক। কবুই বৈওইবগী উতোং।

[ইবোহল লেঙথিদ্রে। অমম্বা মরক্তগী ইবোযাইমা চেম্বোক্লকপগা সাইক্লোবামা অমদী ফোরস্তেজগী মৈ ঙানখংলকই।]

ইবোযাইমা:- [থম্বালগী অকে'ইবদা চেন্না-চেন্না] চীঙদা কানা সীঙ জনসী, পাত্তা কুম্না ঙা ফাসী। মাস্তব বোল, কেজু-বেল বার্ক ঙম্না থাদোকন্নুসী সেল তানসী মীওইসী। সেল, সেল, সেল ......

[চপ লেপ্লগা মবানী মীংচানৈ। শুংসি মীনোক নোকমিন্নৈ।]

থম্বাল:- অহুবু ঐখোযদী মহৌসানা সেল সীজিন্নবা হৈগন্দে।

ইবোযাইমা: মীতো ভম্বদা 'মীতৈ' হাঙ্গনবিবনী। কবিগী হৈবোইদৌরিনো?

থম্বাল:—[নোক্তুনা] অহুবু ওইরবদী, ঐখোই লী সিঙ-লীচা লী-পুনগী সেনবু।

ইবোযাইমা:—[মাম্ন নোক্তুনা] স্তেত ব্যাঙ্ক নত্রগা য়ুনাইতেদ ব্যাঙ্ক ঙা ঐখোয়গী সেভিংস একাউণ্ট।

থম্বাল : পীক্রিবা ঈচাসিংগীনা ক্যাবুল্যাণ্ডিয দিপোজিৎ।

ইবোযাইমা :— অতুগা, পুন্সি ফাওবদী ঐখোয় ইনফ্লু্র তৌরোই।

থম্বাল :- মরমদী, ঐখোযগী ঈচাসিংহ ওল ইন্দিযা সার্বিসকী অচৌবা অফিসার ওইগনি।

ইবোযাইমা :— নত্রগনা, অচৌবা লৈতাক্লোই। মতুনা সেন্ট্রেল ক্যাবিনেত মিনিষ্টব। মমৈথংদা প্রাইম মিনিষ্টব নত্রগা প্রসিদেন্ত।

থম্বাল :— নত্রগনা অচৌবা কবি কুনন্থবা হৌচা চপচানা নোবেল প্রাইজ ফংবা মী।

ইবোযাইমা :—ফংলকপা সেল পুম্বা তুংসিল্লু। মালেম পুম্বগী ওমত্রগস্নু, ইন্দিযাগী মপুংসীদা থবক ওম্বা মরুপ-মপাং যাবিমক্কৈ যাম্না থমজিল্লু।

থম্বাল :— (মকা লাম্না নোক্তুন) সোঈদ্রে। সোইদ্রে। কবুই কৈওইবগী ঊতোং ঈবাঈ-লাঈনা ফুনগনি।

ইবোযাইমা :— (নোক্তুনা) মতু ওইনবৈদমক ঐখোয থুৎ কনবা তাই। সাগৈ পাক চাউহনবা তাই।

থম্বাল :— চাবা-থকপা রাক্তা, যুম্বাল কজনা পানবা ওম্লবদী, অঙাং মসীং হেনগৎহনবদা কৈস্নু কাঈবা লৈতেনা?

ইবোযাইমা :— ঈসা-ঈসাতা নত্তনা, সাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাং পুম্নমক ফৌহাম যওদনা মৈন্তান অরাবা ওাক্তা মসীং য়াম্না পোকহনগদবনী।

(মবানীমক থন্নাই তানা নোকমিম্নৈ। মিনত অম-বোম যেংন-য়েংন, সিথ-সিথ নোকমিম্নৈ।)

থম্বাল :— ঐখোইগী ঈচাসিংদু মতিক চাবা মী অমমম ওইহন্নবা হিন্দু দর্সনসাস্ত্রগী মতুংইন্না পুক্নিঙ অমদী হকচাংগী মরী....
ইবোৱাইমা :—( মরক থত্তুনা ) থাইদৈ ফবদী মীতৈ ৱাংউন্নোন্না পীবা-মৈ, ঈসিং, নুংসিংকী পুংফম খঙনা 'হৈনা' মপান থা.......
থম্বাল :— 'হা, না মউ লিং ···
ইবোযাইমা :— অদুদগী নোংমদী ঐখোযগী ঈচা অমনা প্রাইম মিনিষ্টর।
থম্বাল :— অমনা অফাওবা ললোনবা।
ইবোযাইমা :—অমনা খোঙ লান্মী মকোক।
থম্বাল :— অমনা ঈসিং লান্মী মকোক।
ইবোযাইমা :— অমনা নোংথক লান্মী মকোক।
থম্বাল :— অতৈনা ··· ?
অনীমক :—( যেংনবগা মকা লান্না) [থুন্নাইসীগী অসেংবা মী। অসেংবা মী। থুন্নাইসীগী অসেংবা মী।]

(ইবোযাইমা অমম্বা মবক্তা মাঙখি। থম্বাল লৈনা-লৈনা চঙশিল্লক্তুনা হান্নগী ফীভমদা তাই। সাইক্লো-রামা অমদী ফোবস্তেজগী মৈ মম্মী। মৈ ঙান্নী।)

থম্বাল :—(ঈবোহলগী মনাক্তা চঙসিল্লক্তুনা সীংননা) সেলদী হুবানবনা হুখিবা. পোৎলাকপনা লাকখিবা, পোৎ মুনবনা মুনখিবা লাঈ। হুজীক্তা মালেম লৈবা ওক্না লৈরম্বা সেল মীকুপ্ত জীবো। মহৈ হৈবা মীদা লৈবিবা মহৈহু

লোথোক্লিঙবা পাম্বৈনা এরিথ্যমতিকেল- প্রোগ্রোসন্দা লোথোকই, মাগী মকোক মপুংদদা মহৈ অহুনা জ্যামিত্রিকেল প্রোগ্রেসন্দা হেনগৎলকই। থম্বাই পানবনা তাইবংদা খোঙদাবকপা মতমদা মপুগী মহৈ পুহুনা লাকই। হনখিবা মতমদা তাইবংগী মহৈ পুহুনা হনখিনি। মহৈ নঙনা তিংপানবা— তাইবংপানবা ফাওনবা লম্বীদা পুথোক-পুসিন যাবা কবি পোৎ লৈবিগে?

ইবোহল:— [মবো লৈনা নোক্লুনা] রাংউলোন।

থম্বাল:- [থক ওক্লুনা] য়ুম্বালোন।

ইবোহল:— অহুননী নহাক্না ঐগী ঈতুং ইনবা ঙমদ্রিবা।

থম্বাল:— লৈপাক খুন্নাইসীদা লৈবিবা চৎনবোলগী মতুং ইন্না ঐ নঙগী মুপীনী। নথা থাবী। অহুগা, নঙদী ঐবু থংহনবসু ঙমদে, রাবকপসু ঙমদে।

ইবোহল:— উম। য়ুম্বালোনগী রাংউলোন।

থম্বাল:— থঙদবা যাত্রবা!

ইবোহল:— থকসী-খাসী যাওদবা।

থম্বাল:— মপু.রাইবা ওইবিবা মহাক্লুনা মাগী মুপী ওইবিবিদুগী থমোই অহু মাইথীবা পীবা ঙমত্রিবমথৈদী মুপী ওইবীহুনা চুম্মী হাঙৈনা লেপখিবা ফিবেমুদগী থোঙফম অমফাওবা হাইদোক্লোই।

ইবোহল:— মবমদী নখোইগী নসাগা নথমোইগা মবী লৈনদে। নখোইগী নথমোইদা ফাওবিবা পুক্লিঙ-রাথনগী মরীহু নসা অহুদদী মুপফাও ফাওবা ঙমদে।

(খম্বাল থুমদে। চাগদবগুম ইবোহলদা যেংহনা লৈ)
নঙন্নু অহুমঙাই। ঐখোন্দা অমদী ইমুংগী মীসিংদা নহান্না করম্বা মখী অমা খন্নিবগে? কবি থৌদাং পাঙথোকপ্রবগে? পুম্নমকসীগী লৈনফম থোকপা মবীগী মবমদা ঐনা করি খল্লিবগে নঙবু খঙবা ঙমজরব্রাও?

খম্বাল:— [যান্না কন্না] খঙঈ। মহুদী মীগী রাখল নত্তে।

ইবোহল:— কবি হাঈবা?

খম্বাল:— মীগী রাখল্দী-নঙনা লুখাক্লানী, কিথুমপুবনী খল্লিবা মীহূগী মকোক্কা লৈ।

(ইবোহলনা খম্বালদা চাগদবগুম যেংই।)

অহনা মানা সাউরকপা মতমদা মাগা মাইওক্কবা মীহূনা মসামক মাঈথীজয়ে হাঈবগী থুদক্কা ফাওজবা ঙম্মী। মাগী চিংসিনবগী মখাইনা চিংসিল্লুরবা মীহুদী মানা কনা ইখোক্কু নম্নু মঙোম্নগী খক লাপথোকখিবা ঙমদে।

ইবোহল:- [লাউহুনা] খঙহে তোকও।

খম্বাল:— মহোম্নগী ঐনা মপুং ফানা কংলে— হৌবকফম, খাদোকফদব, অচুম্বা সক্তম। অহুগা, নঙগী নকমদগীনা তোংঙান-তোংঙানবা থৌবী। অকন অকনবা খুৎচিং।

[স্তেজগী মৈ মমথৈ কোর স্তেজ অমদী সাইক্লো-রামাগী মৈ ঙানখৎলকই। মী মবিহূ মাঙ-পোৎপা, তুং-পোৎপা অনী থোক্লা খাঈদোক্লগা দাউনলেফত অমদী দাউনরাইত লামদগী থোক্লকই।

মাঙ-পোৎপা :— অহান-অকোন খুদোংচাবা।
তুং-পোৎপা : পীথোক-পীসিন, লৌথোক-লৌসিন।
মাঙ-পোৎপা :— ঈসাতত্ত্ব সোকহনগনু।
তুং-পোৎপা :— খুদোংচাবা মাঙহনগনু।
মাঙ-পোৎপা :— ঐ-ঐগী কান্নবদু
তুং-পোৎপা : - মীযামগীনু কান্নবনী।

[উরু-উরু লৈশিন্নরম্বদগী নাকপাক-নাকপাক সৎ-সৎ খাইদোক্লবগা অনী-অনী থৌবী চিংনৈ।]

মাঙ-পোৎপা :— পুন্সি অমুক তিনসিল্লু।
তুং-পোৎপা :— পুন্সি অমুক খাইদোকউ।
তুং-পোৎপা :— পুন্সি অমুক যেম্বোকউ।......
থম্বাল :— (শাঙঙমদনা) ও.......। চিংখাইরে।

(মী মবিদু অমনা, অমবু চিংনব, ঙমদনা লেঙবা তৌদনা লৈ।)

ঈসাসে, রাখলসে, থরাঈসে মচেৎ লীসিঙ থোক্লা চিংখাইরে।

(মকোক ঙাওহনা লৈমাঈদা হাইথৈ। চপ মান্ননা থৌবী পৎ তস্তুনা মী অনী-অনীহনু নাকল-নাকলদা লোংনা হাইথৈ। ইবোহলনা থম্বালদা মুন্না যেংই। মবানীগী সক্তম মমি ওইনা উঈ)।

—: চাইহাক থম্বিসি :—

## অনিশুবা ভাক্ক

( ত্তেজগী মৈ ভাক্কপদা মবানিগী সক্তম মমি ওইনা উই। মী মম্নি অহদা লৈয়মদম্নে। কোয়ত্তেজ অমদী সাইক্লোরামাগী মৈগা ত্তেজগী মৈগা সিন্নবগা লোইনদনা পুং মরিগী কাংসি মখোন তারকই।
মবামীগী ক্ষিভম হেক হোংবগা চাকসঙ কাদগী—

লৈপাক্লৈ :— থম্বাল। চাক মৈ থাগৎলম্নো।

( থম্বাল চাকসঙ কাদা চঙখি। ঈবোহলমা উচুকুম লেঙুনা লৈহৌই। অহনজাউ দাউনলেকগী চঙলকই।)

অহনজাউ :— (ইম্নুংলোমদা) লৈপাক্লৈ। লৈপাক্লৈ।

( লৈপাক্লৈ চাকসঙ কাদগী থোক্লকই। ইবোহলনা মথক্কী তুমকম কা তম্না কাথৎখি।)

লৈপাক্লৈ :— [পাওতক্কনা] কমদৌরে য়ানম্নবনা ?

অহনজাউ : – উম, লাক্লবনী।

লৈপাক্লৈ :— কৈক্ল থোইদোকপা তৌনম্নরোইকো ?

অহনজাউ : - [খোঙ্গদৌ থাউগৎলপ] অহ্নু ঐতোম্বা থজদম্নাও ?
নচাহ্নপাঙ্কদা হংঙ্দনা।

লৈপাক্লৈ :— কৈম্না। ঙসাইদনী "কৈক্ল থোইদোকপা তৌনম্নরোই। মমক-মমক্তা চৈম্নাপ অমুক্তংদী কানি মথোইনা কৌম্নরুগা। অতুম্ন অম্নম লোইসিনথদোবজাৎনী।"

হাঈবদাইনে ?

অহনজাউ :— খরাই অহাম্বা মখোঈগীদমক্তা কনানা মতম মাঙ-
নিঙদৌরিবনো ? কোক শানিঙদৌরিবনো ? লোইসিন্ন-
গেদা হাঈরিবনী মীগীবুদী। অদুবু হৌজ-থেংখাং কযাদী
য়ার্দে অসুম্না লৌথোক লৌসিন সাম্নরকইবসে ? করি
থাজনিংঙাই, পুক্নিং লুম্নিংঙাই লৈরিবগে ?

লৈপাক্লে .—[পান্বৈ লৈতনা] উম, কত্তবা মীগী হীদাক লৈত্তেনে।
[ঈবোপিসক চঙলেই। মসকু যেংবদা থুংশিবা
অমা পোকই। মমাঈ অহুদা পোথাকম থরুদবগী
মমি অমা তাই। মকি-মরোম্দু হেক যেংবদা শুমীৎ
নিনি-হুম্নি হোংদোক্তনা সেৎলবনী হাইবা থঙই।
চঙলকপদা লৈপাক্লেগা মাঈওকনৈ। লৈপাক্লেনা
থামত্তুনা]

ঈবোপিসক।
[ইবোপিশস মাক্তোন্দা চপ লেপ্পী। মাগী তুংদা
চঙলকপা ইবোযাইমদী মাগী তুক্কম কা অম্না চুমজিং
চঙথি। কমুংদাঙকম্নগা মখোইগী বাবীহ্তাই]
নঙনা ঈমাবু অসুপ য়াম্না ওৎপসী করিগীনো ? অত্তোন-
অত্তাংনী হাঈহুনা নঙনা ত্তৌরিমথৈ য়া, ননিঙ নথা তম-
হল্লকপদী ইকোক অসী সাইদেকপিহু হাঈহুনা কৈসালগী
ময়াদা থিংজিন্নবা ত্তারেনেকো।

[খোন হীকঈ। কিজিনা মপি থৈথোকঈ]

অহনজাউ :—[লৈপাক্লৈদা] কৈদৌবৈনো নঙনা কপচবা সারিবো ? পাম্মুদবা নপিদো ? ঐনা হযেং সিবদা কপ্পনবা থাকউবা। অহল-লমনগী বা ৎেৎপা যাদবনে। মরাগী মরক্সি নোক্না চাঈ মচাগী মরল্মী কপ্পা চাঈ।"

লৈপাক্লৈ।— চুপ্সিদা। কোনজেং কোকফাইনা নোমথৈ নোংম্লগা মনমগম্মা মরুম থুই হাঈবদো।

অহনজাউ :—[মচাদা চেকসিন্না] ঈবোপিসক, ঈপাদা সেংনা অমুক্তদী হাইবু— নঙ লাইবিকসী তম্লিঙব্রবরা ?

ঈবোপিসক : - তম্লিংবহ্নবু কোলেজ কাবিবনী।

অহনজাউ :— মন্নিংদমক তম্লিঙবা ? হৈত্রবসু যাবা ?

ঈবোপিসক :— থবক অম তৌরবদি মরম অমা লৈফম থোকই পাবুং।

[ইবোহল সিরি থাক মথক্তা লেপ্পুনা, তুমিন্না চেকসিন্না ওাঙনবিবা বাসিংহু তাই।]

অহনজাউ : - লাইবিক তম্না-তন্না তৌদবা যাদে মতাগুম তৌরিবা লাং-ফাং মযামহুগী মবমদী কবিনো ?

ঈবোপিসক :— লাইরিক পাবা যাদবা।

[ইবোযাইমা কমথৈ। ইবোহল কীভম থংহোং-হোংই।]

অহনজাউ : - কনানা কৈদৌরবা ? হ উয়ো কনানা কৈদৌরবা ?

ঈবোপিসক :— তৌরিবসিনিদনা। লৈপাক অসীগী নহাক্লোল

কয়া-কয়ানা অচৌ-অচৌবা পরিখা লমতুনা ঐখোয়গী ইমুক্তা কমদেক্লরি, মুদেক্লরি, ঈবোক্কা মখোঙ থাঙ্গৎলবি। থমোইসীদা অরোনবা ঈরিক অমফাওবা থমহৌদ, য়াম্না সেংনা হাইদোকপা তায়বদী পুন্নমকসী উরুবম। ঐখোই-গুম্বা মরাইরক লৈত্রবা লমসিগী মহারোলসিংনা মথমোইডু থাওমদে, পোথাকম থওদে, থোইমাঙ-পোইসাউই। কোকা-কোকা চাং তম্মহনা যেংই, থঙই-মখোইনা কৈকনু হেদে। হোংনহল্লবদী, হোংননবগী খুদোংচাবা পীবিরবদি মখোইদে ঐখোইনা লাঙ্গনা হেনগনি।

[চাইহাক্কং চেক-মোক লাউদে।]

লমসিগী লৈহাউদগী সাগৎলকপা চৌঙাক্রা সেমগৎলকপা ঐখোযগী ঈ-তোং। লমসীগী অশেংনা ভুংসিৎতা তেং-থোকপ্রবা ঐখোয়গী থমোই, থবোম্বী অমদি, মীংলী। পুন্নমকসিনা সেমথিবা ঐখোয়গী কোক। থাঙ্গেশেংবদী মকমসীগী মী পুন্নমক লাইপোক ভাক্তা ওইকম থোকই হাঙ্গৈথসী লমসীগী মহাথোয়া চেৎনা থাদৈ। অহুনা লোত্তুনা লৈরম্বা ঈভীক-ঈয়াই ফুদোক্লবা ঐখোই লাইরিক পানিংই। লাইরিক থাংদোক্তুনা থাওনা থম্মী। লাইরিক পাননবা থেম-থাই। [চাইহাক্কং লেপ্পী। য়াম্না নিংবা কাইনা] অহুবু, কম্বিগীনো? লাইরিক পাবা য়াদে। লাইরিক পাবদগী হেন্না নুবা, নাহোকত্রকবা থৌরী অমনা ঈসাসে চেৎনা পুন্দুনা থম্বগুম তৌই। [বাংলা

চাং অমনা মাঙৈকৈ পুখ্বা থংপগুম তৌই। অম্থুম-অম্থুম কিবকই, ভুকচবকই, সাউরকই, মিপাইরকই, সুংনাংলকই।

[তুমিন লৈ। অহুদগী থংলাউ-লাউহুনা]

খঙহৌদনা মী পুন্নমকসে মচি পান্নবোই নিঙঙকই। মযা খুজিন, মতু— লোইনবক সাংদোক্লকপদৌনা উরকই। লাইবিক মযেক মযামহুনা সারোই ওইনা এরঙোন্দা তম-নসিল্লকই।

ইবোহল :— [তাবা ওল্লক্লনা, মমহক্লুনা] থঙঙে তোকও। অথঙ অহৈ সাগু। সেংনা হেক্বা হাঙৈয়ু-মতুংসীদা নঙ কত্তবা থবক কযা যাগ্না তৌখিদোবি? চপচাবা কত্তবা থবক্লা সেল তানবা মী অমা ওইনিংলবসু সেংনা হাইদোকউ। লোৎকনু।

ইবোপিসক :—[ইবোহলগী মমাঙদা মুন্না যেংহুনা] মহুদী তামো খনবিয়ু। ঐদী হাইবা ঙমদে।

ইবোহল :— হাইবদী যাগ্ন তৌখিদোবী?

ইবোপিসক :— অহুবু, কন্থি হাইনা খুংউ হাইবিবনো? মালেম-সিদা হিংলিবা মযামসীগী মবক্তা কত্তবা থবক তৌদবা মী কনা যাওবগ। ঐখোহগুম্বা লাইবক থীদা মী কযা কৈনু লৈতবা কত্তবা থবক, মচা, অমগীদমক, পুলিসনা ফাহুনা মতিকচাবা চৈবাক পীন্নুবসু তাংমোখোইগুম্বা লাই-বক ফবা মী কয়া অমদী পুলিসনা কাবা ঙমদনা নত্রগা কিহুনা নত্রগা তন্দুনা থাদোকই। মখোঙৈনা মালেমগা

কোয়না থরাই পানবা পুন্নমকপু মুথংপা ঙম্বা অচৌ-অচৌবা ফত্তবা থবক কথা তৌজনা হিংই।

ইবোহল :— [সাউনা] নচীন্দু শীম্বু। থকসী-খাসী থঙ্গু।

[নিংমা মপী হোম্থনা অসাউবা ফাথবগা]

হৈমন-সিংমনবা যোংছগী মমৈ উনা চপখাইজনা, য়োংছ মথাই লানথিবনী। থঙলবরা ?... ঐনা হংলিবসে নঙ ঙাওসিন্নখিগজ্রা, ঙাওসিন্নবোইদ্রা হাইবনী।

ইবোপিসক : — ঐ ঙাওসিন্নদে।

ইবোহল :— পুলিসনা ফারুবদ্দী ?

ইবোপিসক :— মথাং ফুরুবৈনী।

অহনজাউ :— কৈদৌবৈ ফুকরিবা ?

ইবোপিসক :— ফীভম্মা তৌদবা যাদ্রবা নাম্থোকপা ঙমদ্রবা।

অহনজাউ :— আন্দলোন যাওবম্মে, বস মৈ থাবম্মে, দুকান মৈ থাবম্মে, মথাংদৈ পোৎ মুন্নম্মে, দুকান লুত্ত তৌ-রম্মে কবিবু কান্নবগে ? নঙগী নখৌ কবি লৈবগে ?

ইবোহল :— কবি ওইনী কল্লকপনীদনা। খম্বনবনীদনা। মীশী-বোং-মিক্কম্বানগী হৌনসা—মীগী চাওথংপা, যাইকবা উরগা মথক্তা খোইরাঙ খোইসাউবা। মীবু কত্তবা মীৎ-যেংদনা যেংবা। পেসিমিস্ত হাইবিবসীনি। পেসিমিস্ত পেসিমিস্ত।

ইবোপিসক —[খোন হাইগৎনা] ঐ কনামত্তা কল্লক খম্বন্দে।

ইবোহল :—[মাস্থ য়াম্না সাউনা] অদুদী কবিনো নঙনা তৌ-রিবসে ?

ইবোপিসক :— ঐখোয় মুম্ভোরে। ঐখোইগী লৈপাক খুন্নাই মাঙতাক্তোরে।

ইবোহল :— নঙবু কনানো? কনানা নঙবু হৃগী খোদাং পুবিয়ু হাইবগে?

ইবোপিসক :— কনানা পুবিরদোবিবা? ঐগী ইপোৎ ঐনা কনজদনা কনানা লাক্কুণা কনবিরদোবিবা? তামোখোই রাখল মচাহনবী মরাল লৈজদবা ঈবৈশাকচা কযা মীগী খোঙজুম থক্কুনা হিংঙিসে। তামোখোইগুম্বা অচৌঅচৌবা অফিসারদী বৈস্নু থম্লে, কৈম্নু তৌদে। 'খুবকি ঈনা ওনবা লাই' সাদুনা লৈ।

ইবোহল :- [খংসাউ সাউনা] করি। মসী মচীন রাবকপা ঙমদেনহৈ।

[মমাই মমীৎ মকম থঙদনা থাঙিল্লী। ইবোপিসক্না ফুরক্লিবহু ঙাক্নবা হোৎনৈ ]

অহনজাউ :—[মাস্নু সাউনা] ফুজিল্লু। রাবকপা য়াবোইদোবিবা অঙাংনী। থকসী-খাসী থঙমন্দে।

ইবোযাইমা:—[খাঙঙমদনা লাউক্নুনা] হৈ কবুই কৈওইবসা। উতোং অহোবসা। ইনাউ কুম্নু। নখীবোং চানিংঙাই লৈত্রববাও নখোইনা ওমসিন্দুনা মী চাগে তৌরিবো? লমহুই। লংজা। কাক।

[মযাম চপ লেপ্পী। তুমিন-তুমিন ইবোযাইমদা ঙক্না যেংই ইবোপিসক্না মনাতোনদগী তারকপা ঈ হু রুমালনা নপখোকই। লাউনবা খোঙজন্দু তাবদগী

থম্বাল চাকসঙদগী চেম্বোক্লক্লগা ইবোপিসকপু কো-ন্দুনা পোথাকাদা পুসিনখি। ভাবেলনা ঈ নপ-খোকপি। বা হংনৈ। খোনজেন্দী ভাদে।]

লৈপাক্লে :— [মমীঙগী মপি ফিজিনা তৈথোক্লগা মচাগীদমক বাজবা থমোইগা লোইননা ইবোয়াইমদা]

ইমাগী'বুংঙো! কবিনো নঙগী নঙ্গোভুদী? নঙমক্লা নবাম্বদা, নপাদা অহু যৌনা হৌন-লোনচৎ যাওদ্রবদী নথাই ননাউসীদী কবি ওইবনী? কৈবোই লৈকাই, সাগৈ-নাতৈনা ঐখোযবু কবি ওইনা উগনি?।

[ও-খোংনা কপ্লিঙই। কপথোকপা ঙমদে।]

ইবোয়াইমা :— [করিমত্তা হন্দনা] অহুবু কবিগীনো নখোইনা মাবু ফুরিবো? ইবোপিসকি কবি মরাম্নো? মানা পা-ম্মিবদু করিনো— নখোইবু মযেক সেংনা থঙজবব্রাও?

[ইবোহল মাঙ্গোলগী মচি অমদা লেপ্তুনা বা ভাই]

লৈপাক্লে :—(মথৌনা ফুদোক্লুনা) থঙবা-থঙদবা করিনো-অদুম হ ইনা হেক্তো ঙাঙবা যাব্রনে?

ইবোযাইমা :— (ময়ামগী মতৌ কোইনা য়েংল্লগা অয়েংবসিংগী মনাক নক্লম্না) নহাবোলশিংগী বাথল্দা, লমচত্তা, পাঙ্গল্দা খোনাদ্রা, লৌসিংদা সাথীনা মাঙলবা অমা খোবহল্লীব-সীবু কমানা খোকহল্লিবনো? চহি থুদিং য়ুনিভসিত্তিগী মক্যোক মথং ওইবম্বা ঈরৈবাক্লা চহী অমা অ-সীদা ওইরকলিবা মঙং, পরিখা ঙম্বগী চাং মক্লাম পুন্নমক

থঙন-ঙ্গানরবা নত্রাও ? লাইরিক পানিঙত্রিবসীবু ঐ ইথ-ঙুয়াও ? ইবোপিসক মথঙুয়াও ? ৱাকমসীবু কনাগী ওই-ফম খোকপগে ?

( ঙাইহক্তুং লেপ্পী ।)

ইবোপিসক — লৈঙাক মপুসিংনা হাই— ইহ্যাকেসন সিস্তেমনী। অহুনা মখোইনা সেমদোক-সেমজিন তৌই সবজেক্তিবতৈ ওবজেক্তিব, ওবজেক্তিবতৈ-সবজেক্তিব। অহুবু কান্নবদা কবিস্নু ফংদে। .... কান্নবক্তবহুদা, অহল-লমনসিংনা অমুক লাউই—নহাবোলসিংগী লমচৎ মাঙথবকপননী।

ইবোযাইমা :—অহুবু লমচৎ মাঙথবরুবৈ সাথীবা সৌংচেপ অমা ঐখোইগী খুন্নাইগী মরুদা য়ৈসিন্দুনা লৈবিবহুদী মখোই কনামত্তনা উদে . উনবস্নু হোৎনদে।

ইবোপিসক :— উন্নবনীন লৌখোক্তে। লৌখোক্নবস্নু হোৎনদে।

ইবোযাইমা :— মসীনা মবম ওইহুনা নহাবোল পুন্নমক্কি কোক্না সাথীবা লাইনা অমথক পুন্সিগী কোকপা ঙন্নরোইদবা মওংদা সাথীনা লাইজোহুনা লৈ।

ইবোপিসক :— সাথীনা লাইজোহুনা লৈ।

ইবোয়াইমা :— অচুম্বা মীৎযেংনা যেংবদা মালেমসীদা ফত্তবা থবক তৌনিঙবা মী কনা লৈরমগদগে ? পুন্সিদা ৱাইচিন্না হিংনিঙবা মীসিবু কনানো ? অহুবু ইবৈপাক অসীগী নহাবোল কযা-কযানা মখোৎকাবা মতম হেক যৌবক-পদগী ময়াই কাবা পোৎ চা-থক্তুনা, জার সান্নহুনা, সি-

নেমা হোল মমাঙদা মতম মাঙহন্দুনা, ফুরিং-খাউ চগুনা মীগী মপোৎ লাক্কুনা, মী ফুন-চৈনহনা, করিগুম্বদা সোই-খিবদগী হান্তুনা পুন্সিগী হিংনবগী লম্বী খিনবী। সুংঙাইবা ফংনবি। তসেংনমক, মসীবু মখোইগী হিংনবগী তঙাই-ফদবা থবক্কী হাইনা মখোই খল্লমগদবা ?

ঈবোপিসক :— পীকথ্রবা অঙাং মচা কয়া হোতেলদা পোৎ যোল্লিবা লুখাক-চগুম যাওল্লবিবা, মঙকসমদা মীনাই থৌবী থাং মীগী মপোৎ থাংলিবা, অহিং অখেংবদা, সনা কৈ-খেল মযাঙ্গদা অতাবা সেল কোইথি-খিবিবা, মখোৎ কারক্লিবী লৈসাবী কয়া, নৌনা মৱা কাইনবৱী মো-নহা কয়া চীংদা সীংচন, পুখ্রি-পাং-ভুবেন্দা ঙা ফাবতনা হিংবা ঙম্লক্ত— হিংবা ঙমজনবৈদমক মীওইবদা খাইদৈ চাউবা লঙজবা থবক মসানা-মসাবু যোম্হোকচদুনা মী-বুম্সু যোম্হোকপিদুনা হিংনবৈ পাম্বৈ খিনবিবা থাঙ্গৈ-সেংনা থবকসিং, অসিবু মখোই মসানা যানা তৌখিবা ওইবমগদ্রা ?

ইবোযাইমা :— মীগী মচানা মৱা তঙা, সুংঙাই-যাইফবা তুংলম-চংকী রাখল সাগত্তুনা হিংলিবহ্ মখোই পাল্লমলোইদ্রা ?

ঈবোপিসক :— [খাঙবা ঙম্লক্তনা, পোত্থা কাগী মচীন ফাওবা চখোল্লগা] ঐখোইস্ মীনী। থৱ ইপানবনী। ঐখোয়গী হকচাংস্ ঈ-তোংনা সাবনী। মীওইবৈ অৱা-সুংঙাই, অসাউবা, কল্লকপা, মিহৌবা ঙম্না থমোইসিদা কাও-রিবনী।

ইবোযাইমা :— ঐখোয নহানী ।

ইবোপিসক :— মখোং কোরকলিবনী ।

ইবে যাইমা : – পুন্সিগী তাংকক অসীদা ঐখোইগী দুং-পান, হক-চাং কাযাৎ সীন থুংনা কাওবকপা ঈথিন ঈহৌ—

ইবোপিসক :—ঐখোইগী খোঙদা, খুত্তা, হকচাংগী কাযাৎ খুদিং-মক্তা অকনবা থৌরী অমনা ক্রেক-ক্রেক লাকসিল্লকপদা ঙম্নমক নোংম-নোংমগী কৎসিল্লকই । অম্নম-অম্নম কং-সিল্লকই ।

ইবোযাইমা – খ্বাইদৈ সাথীনা ফত্তবা থবক তৌবা কাঙবুদী লৈপাকসিদা মীনা ইকাই-খুম্নরিবা অচৌবা, মরুওইবা মীনা হাইনবিবা মীসিংসীনী।

ইবোপিসক : – অদুবু মখোইবুদি কনানম্ম কাবা ঙমদে । মরমদী মখোই মীক্সং হে । মঙবু তাইবং ওইনা, তাইবংবু মঙ ওইনা মীতোন্দা উহনবা ঙমই । অদুনা, মখোইনা মবাইবক ফবা মী সাদুনা লৈ ।

[স্তেজগী মৈ থংমম মম্মী । সাইক্লোবামাগী অমদী ফোবস্তেজগী মৈ তপ্ন-তপ্না ঙানথৎলকপা মতমদা উবকই । মী মবি অদুনা ইবোহলগী অকোইবদা খুকউ-খুদক কুন্দুনা অথেনপোৎ কৎলী। ঈসৈ সকঈ ।]

ময়াম :— চীংউ লাই ও লাইনিংথৌ। খোইম্নুম লাইও অখোই-বা ! সনা তাঙ্গ লৌবিয়ু। লুপা তাঙ্গ লৌবিয়ু। তীনমু-

লাইমু ফত্তবা, ইবুংঙোনা থাকপিয়ু। মীবু খোঙনা নেৎলগা হিংজবদো পীবিয়ু।

[ঈচৈ অম্মুম সক্লি। খোনজেল্দী তাখিজে।]

ইবোযাইমা :—লৈপাকসিদা মীগী মতেং পাংবা, খোঞ্জান হৈবা মী কয়া-কয়া লৈ।

ইবোপিসক .— মখোঈদু মমঙদা নোংমা অচৌবা মৈবুল কযানা কোইত্তান তাক্লি।

অনিমক :— মীকপ খোক্লকপদদী সনা থরুং। লুপা থরুং। তম্ফা থরুং।

ময়াম :—[ ফুক হৌগৎলগা জগোই শাদ্রুনা] জেন্দব। কাংব্রু। য়ুম সাবা। খোং সাবা। লম্বী সেম্বা। চীং ককপা।

ইবোহল :— বজেৎ সেক্কসন—

ময়াম :— মীযামগী।

ইবোহল :— ত্তোক্কনা—

ময়াম :— লৈপাক্কি।

ইবোহল :— থবক হৌরে—

ময়াম :— ঈমুংগী।

ঈবোহল :— লোইসিন্নকপা—

ময়াম :— ঈতু-ঈচা।

ইবোহল :— ফাইনেল বিল—

ময়াম :— ঈসাগী।

[ যাম্না থুবা তাল অমা অমুক হোংই।]

ইবোহল :— খুদো পাইবা

ময়াম :—ইতাউগী— ।

ইবোহল :— যাদা হুকপা

ময়াম :— ইচাগী !

ইবোহল :— কুৎ লাউবা—

ময়াম :— ঐহাক্তি !……

[জগোঈ অহুম শাবি। খোনজেল্লী তাখিল্লে।]

ইবোযাইমা :— অহুগা কাওবু অমদী মমডদা মাগী-মাগী চুপীদু সল অমোম ওলহল্লগা অকবা মচা লৌনবৈদমক সা-সল লোইসঙ খুদিংদা কোইচৎ-চৎলম্মী।

ইবোপিসক :— ভাইবংদনা, করেল্লী নোক ওাকুনা ভাদুনা সেম্বা খোবীহুনা মঙকসমদা থুহুনা মখোইবু অৱাংবা ফমখোন তাম্না চিংখৎখি।

ইবোযাইমা :- ফমখোন কারবমক্তদা মঙকসমদৈ খোরীহুমদী মখোইনা লোখোকপা ওমখিদে। খদৎপম্ব ওমখিদে !

[মখোই মরিনা ইবোহলবু রাংনা খাঙৎলি।]

ইবোপিসক :- লাইরবৈ ঈনা ওল্লকপা হুমাং।

ইবোযাইমা :— চন্নী তৎলবা খরাইনা তুরৈম্বে মকম।

ইবোপিসক :—মখোইনদী খঙদে খোবী অহুনা মখোইগী অরেংই-বা মতম ওাঈরি হাইবসে।

ময়াম :—করিগী ভাসোন। করিগী ভাসোন!

ইবোহল :—[অৱাংবদগী, অসেম্বা খোম্বোকা] অম্বমা, মতেং

পাংথোক-পাংসিন্দা তৌনরিবা থবক থুংচাউ অসিবু " মীওইবগী লীচং" কৌই। মীতোন্দা মতেং পীথোক্নবদী থমোই সোকই। থমোইদগী রাথল। রাথলদগী হকচাং। হকচাংদগী পুন্সি। পুন্সিবু মহৈ য়াম্নবদী ঐথোই পোকচরম্বনা যাম্না হেন্না ফবন্দ্রী।

মযাম :— পোক্নমম্নবা ঐথোই করি ওইবমগনি ?

ইবোহল :— অহাংবা অতিযাসিদা থরাইসীনা মতীক-মযাই ওইনা সন্দোক্নুনা লৈরমগনী। মফমদুগী ম'মিং-লাইরৈবপাক। লাইরৈপাক্তা ঐথোই মতম থরা ত্রেনিং তৌগনি। মীগী মতেং পাংবা হৈনবা মীশুংসি মসক থঙনবা। ট্রেনিং পাস তৌবগা মী ওইমা লাংওল্লরিবা মাপী মমিং লাইপোক।

মযাম :— লাইপোক অমা ওইবগী করি খুদম লৈবগে ?

ইবোহল :— ঈসানা-ঈসাবু সক্তাকচবগী থোল্লাউ অমগা লোইননা লাইগী মতীক-মযাই পুম্বা ফজনা, মপুং কানা মযামদা উথোকদবনী মালেমদা পোকখিবা অকাওমা লাইপোক পুন্নমক মতৌ অম্নুন্না উৎখিবা তাকুনী। সা-ঙা, তীল কাওগী মরক্তগী লাইপোক কয়া বাওরি। অদুবু সক্তাকচবা হৈতবদগী মথোই মাওথিবগুম মীতৈ লৈপাক্কি লাইপোক কয়া-কযানু চীংদা সাৎপী ঈথেল্লে চিন্নদনা কেনবগুম কেনথি। থুংমেমগী পান্থনা অহাংবদগী মতিক ময়াই চিংথোক্নগা থবক্তা সীজিন্নবগুম, লাইপোক নত্তবা কয়ানু ঐথোয়মা মতীক-ময়াই হাপ্পুনা লাইপোক ওল্ং

হনবা যাই। ম'লেমগী মপুংদা অসুম্বা য়ানা হোৎনজতুনা মসানা-মসাবু লাইপোক সেমজিন্বা নত্রগা, মরী-মত্তা, মকপ-মপাং থুংকন-পাঙ্গনবসিংনা নমহুনা লাইপোক ওলহনখিবা মী মসীং লাকচনদনা লৈ চোংঙা মুবী অমদী তেনবাবু মবোল তখীরগা মীদোনা ওাঙহনবা যাই। মথাই পান্নবা লাইকদিবী অমদী বোবোৎ মী-দোনা থবক সৌজিন্নবা যাই। থখাই পানবা পুরমরি থক্তা, লাইগী ঙমথংদা লৈরিবা মীবুদী করিগী লাইপোক ওলহনবা য়ারোই ?

[মথান্না ইবোহলনু লৈমাইদা থয়মগা অযেংবসিংগী মনাক নক্না চঙসিল্লকই।]

অহানবা :— লাইবৈপাঞী লাইসিংনা চহী লীচা-লীপুন কথা লাইনিঙ ওইজৈ।

অনিম্বা :— "মীওইবগী মপোক্তা অমুকদী পোকচগে।"

অহুমম্বা :— মীওইবা মসামক্তু মসাগী পুক্নিগীদমক্তা নিংসা থীবা পোকচৈ।

মবিম্বা :—"সা-তা, তীল-কাওগী মপোক্তা পোক্লুববদী কম-দৌবা।"

ইবোহল :— অহুনা, মীওইবৈ কম অসি থাদোক্তনবা থুংপাই চেংনা ঐখোই য়ানবা তাই। মহুগী তৌকম থোকপা থবক কয়ানু ঐখোই তৌবা তাই। মকোক থোংবা অকিসারগা অথেনপোৎ, মথা থাবসিংগীনা মতেং। চান-

বৈদমক্তা সা হাৎপদী লাইবিরা যারগা মীঙোন্দা সেল পীজনবৈদমক্তা মীঙোন্দে সেল চাবা কমদোনা লাপ্লি হাইসিগে ?

[মন্নাম্না মাগী অকোইবদা ওমসিল্লকই। মাগী লেকচর চথবী। খোনজেল্লী তাখিত্রে। মযাম পেম্নে, লাউনৈ, খুবাক খুই। খোজেল্লী অমত্তা তদে।]

ইবোয়াইমা :— মমঙদা তেনবা ওল্লগা মীবোনগী অচৌবা লাই-রীক কয়া-কযা হোৌবদগী লোইবকাওবা চৌনকা পুথিবা কাঙবুদো—

ইবোপিসক :—নোংতাল্লকপা মতমদা, মরুপ-মপাং কয়ানা মখুত্তা লৈ-পরেং পাঙ্গিদুনা খোঙ্গান্দা মখোঙ্গিবু ওকখি ইকাই-খুম্মনা।

মযাম :— [ইবোহলদা খুৎ লোম্নদুনা] মহাকবি ! মহাকবি ! রত্ন-বত্ন! ভুসোন-ভুসোন। শ্রী-শ্রী-শ্রী ! শ্রী চামনি-পাল মহাকবি সিংহো !

[ইবোহলগী মঙকসমদা লৈ-পরেং হকই। জগোই সা-সাদুনা ঈবোহলবু হাম্নগী মকমদা পুসিল্লম্নগা মখোউম্ন পরেং সানা দাউনবাইতলোমদা চঙখি। মখোঙ্গনা চঙখিবগা, ঈবোপিসকী মা লোইবগা মপা চানৈ।]

ইবোপিসক :— মমঙদা মোংবহনবগী য়োংনাউ ওল্লগা মপা-মপু মবুধৌ কয়া-কয়াগী কোকথক্তা খোঙপাক্লা নেৎলগা,

মাংসিল্লম্বা, ময়োন-মরি খঙর পঙখোং-খোং, পঙলাউ লাউ চোংসিন-চোংসিন সেং সেত্তুনা চান্নবম্বা উমংগী লমলাসিং অহুনা মঙফাওনরকপা মতমদদী লৈঙাক মপী ওইহুন ঐখোয়গী ইথক্তা ব্বাযেন্নরে। সী কাওবদা ঐখোঈন পাঙল-লৌলিং অমত্তা থৌক্ত অহুম পনসিন্দুনা লৈখিসিরাও ? অহুম পঙসিন্দুনা লৈখী সরাও ?

(কোরস্তেজ অমদী সাইক্লোরামাগী মৈ মমথি। স্তেজগী মৈ ঙানখৎলকই)

ইবোযাইমাঃ—মীগী অন্নাবদা মতেং পা বৈ ব্বাদী ত্তোকখিসী। অন্নাবহু সুপ্নগী উবতমক ওইববসু উবিবা মী কনা কনা মালেমসীদা লৈবগে ? অসেংবা অচুম্বা মী অমত্তা চোংথোকপীবকউনে মত্তীক-মথৌনা লৈববদী। লাইগুম্না ঈরাংকে।

ইবোপিসকঃ—মুংগ্রবনী। চপচানা মুংগ্রবনী। মীওইবগী মকমদগী লমন সিংবগী ব্বাথল। কোসিল ফাওবা ফংলবোই।

ইবোয়াইমা :—হুজীক মীওইবদা লৈহৌরীবদী সুপ্নগী "লমন থুম্বা"।

ইবোপিসকঃ—অসীগুম্বা ইমুংগী পীক্লবা কা-মহুংদা হিংলিবা মীসিংগী ফিদম !

ইবোয়াইমা :—কৈখেল ময়াইদা, মপান্দা পাক্লা সন্না তাগ্রবা ফিদম !

ইবোপিসক :—অনী অসে লমনসীঙবগা লমনখুম্বগা খেন্নবমক খেন্নে।

ইবোয়াইমা:—লমন সিংবদদী—"শুংশিবা"।

ইবোপিসক :—লমন খুম্বদনা—"মীহাৎ মীপুন"।

ইবোয়াইমা:—ঐখোয়গী পুল্লিদী নোংমা-নোংমগী অম্বুম অম্বুম পীশসিল্লকই। অম্বুমম্বুম ভুমসিল্লকই। ঈশাদদী ফাওই, তাকখোল্লবা পাম্বৈদা ফংদে। মসীনা ঐখোইবু তাওহল্লী, পোত্থাফম থঙহন্দে। লাইবিক পাবা যাহন্দে।

ইবোপিসক : (পেন্সবা অতাওবগী খোল্লাউদা) ঐবু কৈদোৗনৈ ফত্তবা থবক তৌথ্রবগে? ঐ ফত্তবা থবক তৌথিদে। ঐ ফত্তবা থবক সুপতৌ তৌথিদে।

[ ইবোয়াইমদা চঙজল্লুনা ]

তামোয়াই ঐবু করম্বা ফত্তবা থবক তৌথ্রবগে? ঐদী ইসা তাকখোকচবতনী। সুপ্নগী ঈসাসীদং তাক-খোকচবতনী।

(অকিবা অমদী পাখৎপগী মতৌদা)

মবমদী, ঐ মীসি সে ভুকচৈ। ঈমা-ঈপা, ঈচীন-ইনাউ ওইল্লিবা ঐগী ঈ মরীসিংবু ঐ ভুকচৈ। মবমদী মখোই মসাগী মসক তাকচবা ঙমদে, মসাদা হঙ্গোইবা পোকচৈ। মমাবু মমানী, মপাবু মপানী মসাগী লোঈন-সীল্লোন, লোঈন-সীল্লম লোঈন-সীম্বাবু মসাগীনী হাঈদোকপদা ইকাইবা পোকচৈ অহুনা, মখোঈনা মীগী খোঙজুম

থক, লুখাক চা হুই-য়েনগুম হিংঈ। মখোইগীদমক্তা শুংসিবা ঈবিক অমফাওবা পোক্লরোইদবা মীগী মমাবু ঈমা হাঈনা কৌহুনা খোঙয়া উকুল মরক্তুদা ওয়া খোইনা কপ্লুই। ঐখোঈবু তুম্বা মাঙহল্লগে লাকপা হিংচা-য়াই-তম্ব। সংতুগী মীচঙদা লেপ মসাগী ঈ মরী, মমা-মপ, মচীন-মনাউ, মচে-মচল কযাগী মকমদা মখোইনা অরাওবা মথয়াং অম অবৈবমথৈ কাথং, অচৌবা ময়াম্ব থীগংলি অখৌবা খুজীন মযামম্ব উৎসিল্লকই। পাম্বৈ লৈজদবা সোম্বরবা ঐখোঈনা মখোয়গী মবক্তা করম্বা হিংবা ঙমগদগে? তামোয়াই, ঐদী পুন্সিসিদা কত্তবা থবক মচা অমফাও তৌথিদ্রি। সরোঈ-ঙাবোঈ মযামসীগী মকম দগী স্নপ্নগী ঈসাসিদং ঙাকখোকচবতনী। স্নপ্নগী ঈসাসীদং। ঈসাসীদং। ইসাসীদং··· ··।

[ইবোযাইমগী তুমফম কাদা চেনসিনগ্রপা ঈবো-যাইমগী ফমুংদা খাঙঙমদনা হাইথৈ।]

ইবে হল :—(খাঙঙমদনা) ঙাকখোকউ! নসাবু ঙাঙখোকউ। ফুদীত্তা মাংজোং চোংহুনা, অরেং খুদীং পুখরবা মফমহুদা নসানা নসাবু ঙাকখোকচৌ। নসাবু ঙাকখোক-ঙাক-খোক্না হলনা থল্লবা লুখাক্নোমহুদা মপোক কয়া-কযাগী ওইনা লুপখখো! পংথো! পুমখো। হল ওনখো! মীমান্নবা ঙমদবা মীথীবোং মীঙম্বান। য়ুম্লে ন কৈরোম্লবনা সাগৎলকপা মুংগী পল বাংমহদা লানসিল্লুবনী ঙমদ,

চিবোন-চিবোন হুরানবগী মতৌদা তুমিন্না চেকসিন্না তাও মখোঈগী হবাও-তয়াম্বগী নোক-খেবা খোঙেল। মখোঈগী অরাংবা দলানগী মীহুখোঙদা ফাওদোক্লকপা মচু মমেনগী মৈতাল অহু নমীৎ কুপ্তুনা য়েং, মখোইগী চাকসঙ মপুংদগী তেবল কেন্না হুমদোক্লকপা মনম মুংশিবা য়েনসাংগী মনমহু থরুং যৌনা চিংসিল্লু। অহুদগীদি.............. ..

অহুদগীদী, অরাংবা দলান মতোন্দুদগী ঙা মবা, সা-মবা, লুখাক-চগুম, অপুম-অসা নথকুন্দা হৈথরক্কনি কুমগী নোংগুম। অহাঙবা নপুক অহু থন্নবা নখোই নসেল লেকনৌ নসা নসাদা পকপা অমাঙ-অসোই ময় ম অদো। মতম কুইনা চরাম-চদংনববা মী চঙ্কুৎ নখোইগী অবাম খোবাং কোক্লগনী। নসাগী সিংলি-নাউবী পুম্বা পঙ-থরক্কনি। নকোক্কি রাথল থন্নবগী মযাই মাঙখিগনি, নমীৎ তাঙলক্কনী, ননা তাথীবকনী, মহাউ-মনম থঙলক্লোঈ অঈং-অসা কাওরকলোঈ।

( স্তেজদা লৈরিবা মী পুন্নমক হুংঙম লেঙদে )

নসাগী অফ-কত্তগী রাথল পুম্বা মাঙখ্রবা মতুং অহুদদী নখোঈ নসেল ওনসিন্নহুনা নথুং য়ান-য়ান্দুনা চৈনৌ, ফুনৌ, হাত্তোক্নৌ। নখোঈ নসেল-তুন্না হাত্তোক্লববতুং লেমহৌরিবা থবা অহুনা লানবা ওমত্রবা হুংগী পলহুদা হন্না-হন্না চোংশিন্দুনা থেংজিল্লু, নকোক নকোক্লু সিংনা সানা থুগাইয়ু। নখোঈ নসেলমক্তা তানবা ঙাঙবা ওমদ

জদ্রবা মঙম সাল্লবা সোলবা নখোঙেন্দুনা নসীংখা ফুদোক্তু-না চৈয়ু লুখাক চগুন হৈথবীরক্তুনা নখোং খাকপীরকপা মীহুগী অচেংবা থি-খিহুনা। মীহোরোন্দগী মুক্কম থোন্দুনা সাগংগ্রবা ঙাইবংপানবনা কাঙ্গীদ্রিমথৈ কাঙ্গৈরবোইদবা পল অহু খুগাইনবা হোংমজবমক্তদা অকংবা ট, অকেম্বা সব, অপুম্বা তোংসানা থল্লবা নসা অদো সীংকুপ সানা কাইহুনা মঙাবক কানবগী; সব পোলাংগুম পনখোঙ-ঙদা তাশনি। অহুবু পলহুগী মসাদদী নখোই লীসিঙ লীসিঙনা মসীঙ লাকঙমদনা থেংজিল্লমল্লনমু মুপ্নগী থুজীন মমাইমুক চাউবা মফম অমফাওবা লৈবোই। লোখৎনিংঙাই লৈত্রবা নথাইহুনা নাহে নাহেহুনা তেং-থাউ ঐদী ইসাসীদং ঙাকখোকচনী। মুপুগী ঈসাসীদং।

[ঙাইহাক্তুং চেক-মোক লাউনদে। ইবোযাইমা অমদী ইবোপিসক মাঙ্গৈথিবগী মংতোগুম তুম্বক-তুম্বক ঘমহুনা লৈ। অহনজংউগা লৈপাক্লেগা মাঙোন মচি অমদা তুমিন্না কমদুনা রা তানৈ। থম্বালনা পোথাকাগী মচুংদা সোফাগী থুংপাইফমদা ফংদুনা তুমিন্না মরু লুকথদুনা লৈ। ইবোহলন অয়েং-বসিংদা ]

থাজৈশেংবা, মীওইবগী অচুম্বা সক্তম করিনা লেপক-দগে? মীহোরোন্দা থরাই পানবা পুম্বা অঙম-অঙম সেত্তনা চানরকথি। মতুনা মীওইবৈ চাওখৎপগী অহানবা

য়ুম্ফম ওইখি I মথোনা মরোসিং লৈব অমমমগী লমজিং মখাদা কাঙলুপ-কাঙলুপ সেম্মরকখি। অম্মুম তৌনা মথোন-মথোন সাগৎলকপা চাওখৎপগী নোংদোল পক-পা য়ুম ওসি কুনম্মুবা চহীচা লানসিল্লকপা মতমসীদদী লাইরৈপাক্কি মমি তম্লে। মসিগী মথোন কয়া কযা সাগৎ-লকপা খুদিংদা কুপ্লবা মকোন কযা-কযা থোক্না য়াওখি— নিংথৌ লৈঙাক, মীযাম লৈঙাক, সুপ্লম লৈঙাক, সেনজাউ-লৈঙাক [মীযামদা]। অমগী মখাদা অমা, অমগী মখাদা ময়াম, মযামগী মখাদা অমা, মযামগী মখাদা মযাম কন্নি খেন্নবা লৈবগে ? থক খাগী খেন্নবদী কৈদৌঙৈদম্মু মাঙ-লক্তি, কৈদৌঙৈদম্মু মাঙলবোই। মীকুপ অসিনক্কদম্মু ঐনা চাউথোক্না হাঙ্গৈরিবসীনী— অমদা নত্রগা অমদা মতীক-মযাই লৈরবা অসেংবা মীসিংদুগী খুযা থাদ্দা মতীক-মযাই লৈজদবা তোল্লবা মীথোনপসিংদুগী মীনাই পুন্সি লোমগনি। ঐদী ঈনাল্লবা লানবা পাবা কিহ্না চেনবা মীকিথী নত্তে। মীকুপ খুদিং লেপ্পা নাইদনা হোংলক্লিবা তাইবং পানবা অমদী মীওইবগী সক্তমগা লেপ্পা নাইদনা চেম্বরক্লিবা মতমগী ঈচেলগা পুন্নিনবগা তান্নকপা অচুম্বগী সক্তম অহু ঈসাগী তুথোঙ খুদিংদা চুপসিলহল্লগা অসেংবা মীওইবা অমা ওইগে তাল্লিবা মীসক্কী। নিংথৌ লৈঙাকস্মু ঐনী। মীযাম লৈঙাকস্মু ঐনী। ঐবু কনানস্মু মাঙ্গথীবা পীবা ঙম্লোই, মাইওক্কবা ঙম্লোই।

মরমদ্দী মুংগী পল মক্ষুংদা মোংদোন পকপা মুমগী মত্তোন্দুদা ঐনা নিংঙাইদনা হিংহুনা লৈ। ঐত্তোন্দা সীংনববদী ঐগী সামিন ফাওবা তাবা ফংদনা নপুন্সি অহু খাওত্তেক্লগনি। ঐত্তোন্দা চঙজরক্লবদী লোৌখৎপি-নবগীদমক্তা অরাংবা মত্তোন্দুদগী ঐনা অসাংবা কৈবাক খাদরক্কনি।

[ ঃমাগা মপাগদা ওনশিল্লক্কুনা ]

পাবুংগা ঈমাগদা ঙসিদী ঐনা খমোই সেংনা, পুন্সিগী অবোইবা রারেপকা লোইননা হাঙ্গজবিবসীনী ঐ মীনী, মীওইবগী মসক মুন্না খঙঈ। তাইবংপানবসিদা মহী লাঙবা পোৎনা অরাংবদগী অনেম্বদা চেম্ববগুম, মীওইবগী মফমদা লৈবা সক্লাইদবা মহী লাঙবা পোৎ পুন্নমক মক্কুগী খারোমদা চেৎম্ব। সক্লাইবা ঈ, সক্লাইদবা মুং-সিবগী মযাই কল্লবা ঈচেল অমা ভিংপানবদগী হোৌব-ক্কুনা মীবোল কযা-কয়া মথং-মথং চেম্ববক্লিবা মতুনা পাবুংগা ঈমাগদগী ঐত্তোন্দা, ঐত্তোন্দগী ইচা-ঈনাচ, ইথা খাবসিংদা চেম্বখিগদবা অহু ঙসিদগীদী ঐগী ঈরম থৈ দাক্লবনী। হুজিক্তী ঐগী মুপী অমদী ইচা নত্তনা ঐগী ইখাদা ঈগী ঈবম অমফাওবা লৈত্রবনী। ঐত্তোন্দা মখা তানা থেমদোক-থেমজিনগী রাখল খনবিক্লরমু। অরেম্বদা সীংকুপ সানা কাইহুনা তোক্কনী।

[ পোথা কাদা চঙলক্লগা খম্বান্দা ]

ইতুং ঈনবা ঙমগদবা লৈরবগী ইল্লকউ ঙমম্নবম্বু ববা লৈতে। [সিবি থাকলোমদ চংসী]

অহনজাউ + লৈপাকলৈ :- [চপ মান্নবা] ঈবুংঙোহল।

ঈবোহল :— [চপ-লেপ্পগা] এগীদী লৈপত্রবা স্নাবেপ্পী অমুক যেং-পিবক্তবা। অহৃর্গা, চঙজরকপশিংগীদমক্তদী মতমচুপ্পদা ঐ ঙাইদ্রুনা লৈরি।

[সিবিথাক্তা কাথৎখি। ময়াম্না যেংহৌঈ]

লৈপাক্লৈ :—[সোম্বনা] মহোঈ পাবুং।

অহনজাউ :- লাউ।

[চাকশঙ কাদা তুং-মাঙথ চঙখিন্নখি। ইবোপিসরা পাম্বৈ লৈতনা হোৌগৎলগা ইবোযাইমগী শনাক্তা চঙসিল্লকই। মতম অদু ফাওবা ইবোযাইমগা থম্বালগদী সুংগী সক্তমগুম অহুম্মক লৈবী।]

ইবে পিসক :—[সোম্বনা] তামোযাই।

[ইবোযাইমদা মুন্না-স্নাহংগী মিংযেংনা যেংই। ইবোযাইমনা ফীভম হোংলক্লবদা নিংসা মপী অরুম্বা অমা হোম্বগা অহাম্বা খোঙথাংদা লুবাক্লা চাকসঙ কাদা চঙখি। স্তেজ মথাইদা ইবোযাইমগা থম্বালগা অনীভমক লৈহৌই। ঙাইহাক্তং চেক-মোক লাউ-নদে। থম্বালনা তপ্না পোক্লগা ইবোযাইমদা মুন্না যেংই। ইবোয়াইমদী স্নাখন্দা উংক্লনা তুমিন্না মক লুকথনা লেপ্তুনা লৈ। ঙাইহাক স্নাথল তৌরুরগা

মাপী তুম্ফম কারোমদা চৎকে তৌবমক্তদা]

থম্বাল :— মসীদী য়াম্না কল্লে।

ইবোযাইমা :— বরিনো?

লেঙুমক লেপ্পী। মমাইদী [ওনসীনক্তে।]

থম্বাল :— মী পুম্বা তোংঙান-তোংঙান তানবগা কম্বি কাল্লবগে?

ইবোয়াইমা :— তোঙান তানিঙবা মী কনাস্তু লৈতে। কীঙনা য়াদবননী।

থম্বাল :— [মতুং ঈল্লবক্তুনা] নহাক্না হান্না হৌদোক্লকপনী, নহাক্না অমুক তাইসিন্নু।

ইবোযাইমা :— তোকও। নাকমতু ঐঙোন্দা হৌদোক্লকতু।

থম্বাল :— [হন্থদনা] অতু ওইববদী, অকাই-অতোই পুন্নমক নহাকী সন্ধাক ওইগদবনী।

ইবোয়াইমা :—[ হুৎ লৈসিন্নক্তুনা মুম্না যেংলগা] পুক্কিগী মীকুপ কযা কযা নঙ-ঐঙগী ওইনা হৌরবসিংহুগী মপুংদা লীসিংলক ফোঙদোকপ্রবা ঐগী নাথল-নাথলতুগী পীকপ্রবা মকোন অমফাওবা নহাক্না থঙবা ঙমখিদবদগী নঙ-ঐ তোংঙান-তোংঙান তানখিবা। অতুগী তুং, হিযাঙ অথোবীগী সক্তম লৌ, মুমসীদা অমুকমু…। চহী অহুম হৌরে। সাংলবা মতম অসীগী মপুংদা নহাক্না ইমুংসীদগী কংলকপা নাথল লৌসিং। ঙসিমু, মুপ্নগী পুং অনি অহুমদংসীগী মপুংদা ঈমুংসীদা থোক্লকলিবা থৌদোক পন্নেং ময়াম অসী নমীৎনা উম্নবা, ননানা তারবমক্তদ। ঐবু

করি অমুক হাইখো হাইরিবনো ? করিগীনো মুপীওইবী নখোইসীনা অম্পুপ যাম্না মীওইবগী মসক থওিরিবসিবো ?

[খাওঙমদনা, খমোইগী ইহৌ কাথহনা]

পেক্সিবরাও ? ইসাগী ঈ পুন্নমক তোংজে খাহ্না চুপ-খোকএবমক্তদা করি অমুক বাংহৌরিবগে ? ঐ কিজবে। খাজরে। ইমাওসোদা[মী অমত্তগী সক্তম তৈংপীরমনু হাই-বসীবু কযারক হন্না [হাইখো হাইবগে ? কন্নারক হন্না হাইখো হাইবগে ?

খম্বাল :— মহুনা কাম্নয়োই। পুক্সিপী চুসীমগদবা খবক্তমক তৌ-গদবনী।

ইবোম্নাইমা :— সম্না অমসী খেন্নবা লৈতনা পুক্সিগা চুসীমএবা খৌদোকসিংহদা কবি খাজনিংঙাই লৈএবগে ? পুক্সিগা চুসিন্নবা মওংদা- শুপী ওইবীসিংনা করি-করি খবক তৌখি — খঙব্রা ? মন্দোদরীনা মপুয়োইবা রাবণ হাং-লী। য়েজীয়ানা মীনা'ই সাগৈ কাং-খোং চাইহনী। খোইবীনা খবগী মথাই চুপখি। চাইবীনা 'কংলৈপাকপু' 'মনিপুর' ওহোক খ।

খম্বাল :—লিহোইহন্নীদি ? ইয়োম চন্নু খম্বালদী ?

ইবোম্নাইমা :— মহুদী কীভন্না যাখিদবা। অহুওবহুদী লীসিংগী মহুংদা অমা। অতৈদী ? ..... অতৈদী, লোইনমকসী মখোইগী ওইনিঙই— সনা-লুপা, কাম্ন, বিলদিং, মপুবোই-বা অমদী ফজবা। ওইজবা পাম্নদবা মী তাইবংদা লৈতে—

ঐ য়াই। অদুবু, মখোইদী কা হেন্না কল্লক-খম্বান্নী; খোইরাঙ-খোইসাউই। নখোইনা পাম্মী মীপুম খুদিংমক নখোইদা চঙজরকপা। অদনা নখোইনা ইকাই খাঁসিদ্রে। নত্রাও? অদুবু ইকাই খীবী খুন্নীসিংঙনা লোংচুপকী শৈপাকসিংদা কার্ড ক্লাস স্পাই অমদী সিক্রেত এজেন্ট ওই। ঐখোইগী শৈপাক্তসু ইকাইখীবী নখোইঙনা অচৌ-অচৌবা খবরশীনমক য়ানোশী।

[ভাইহাকং চেক মোক লাউনদে। ইবোয়াইমনা নিংমা মগী অমা হোঙ্করগা, মপাক্লোমদা মীৎ কুপ্তবমথৈ য়েংলগা]

য়েংগু, তাদা শৈরিবা মুম অনীসে। মুম অনীসে নহাক্কী নপুরোইবগুম খুয়াইসিগী যেক্কবা ভাক্কনী। অদুবু, খেম-বদী নহাক্কী নপুরোইবগী মরাইবক শৈ। মখোইগীদি শৈতে। অদুনা, মচা-মগা ভককুপা লোইননা মসা অমদী মতু নোংমতা চয়া অনী মপুক খন্না চাক্কবা কংদে। নোংম-নোংমগী সোম্বরক খাওবা ওমসিন্নজি শৈ মরানদু অমুক ওংগী শৈবী অহানবা মুমসোগী মুম্ রেশ্মী ওইরম্বীদু, মাবু মুন, তৌবিগদবা সেনজাউ পাইবা হন্নুবা অমদা মযুম পানখি মচা খরা পুহন। মপুম্নোইবা সাগোম্নহৌবা মচা অমা-অনীদু মাওজহৌরবসু, হুজীক্তি মহাক হুংগাইত্রে; মাগা লোইববা মচাসিংদু মীওইব্রে। অদুগা, অনীসুবা মুমগী মপুরোইবা নিংবী খুন্নীসিদী

হুজীক কাওবা তিনথ্রেন-লাইচেন্নবা চযোৎময়বা, খুন্নাইসী মাঙন-তাক্লবৈ মসক ওইরবা মচাসিংহুপা লোইমনা, চরাম-চাৎময়বা মপুরোইবা হীয়াং-অখোবচগী অঙৎ-অনৈ থাঙজি। নিংসা চনিঙ-চমাঙ সম্নদ সোইদনা লাকদৌ-ববা মাগী অরোইবা মতমদু ওৎইরি।

[থম্বালদা ওনসিন্নকুনা য়াম্না চেকসিনা]

অনৌসিগী যোম্লেল ইখিম্ন কয়মনা হেম্না মাংই-নথমোইহু সেংবা হাইবা ওমগদবা? সোইদনা তৌকম থোকপা অচুম্বদো। হুজীকসীদা, ঐখোঈগী খুন্নাইসীদা নত চপ-চানা থঙলবয়া?

[তাইহাঙং লেপ্পী। শম্বাল কবিমত্তা থুমদে। করিমত্তা হাই হুমদে। য়াম্না নুবা মাথলগী মীৎ-য়েং অমগা লোঈননা ইবোয়াইমদা যেংহুনা চপ য়ুংনা লৈ। ইবোয়াইমনা মথাই সোক্লা মখোন কাওমদমা]

মীবমওম, ঐখোইগী লৈপাক্লা ওন্তবী নত অমতম্ন কোংনা লৈতে। অদুবু সনা কৈথেল মযাইদা, পোৎকম খুদিংদা, লৈবক কোনসাংদা, লমহাঙদা, য়ুম্নত্তা মসীং লাকঙমদনা ওক্তবী 'সুপ্নীসিংগী কৈথেল কাবী। লৈসা লৈসা মৌওইবী মবা লৈনা বাথীবিগী চৎনবী অনাবা অচৌবওম সন্দোক্লী! নওমুনী! নওনুনী! থাজবা হাৎপী! হিংচাবী! হেলোই!

[খাঙুমদনা [অন্নাবগা লোইননা]

খুম্না।ইসিগী অকনব। সাকুগা লাম্বেংনবদা খাঙবা ঙমদ, মীওইবৈ মফমদৈ তোংঙান তাজরকপা' ঐহাকপু করি-গীনো। নহাক্না নঙগী নরমদৈ খোক্লকপা হ্নাথোক অমুণী মকুওইবা মরম ওইহনগে হোংনবিববো ? নহাক্না ঐগী পুন্সিবু মমাই চুমথি, সুংঙম কনবা থমোইদা সুংবু পেংহনবা ঙম্বা ঈংলবা সুংস ঈবিক্তু থিকথখি— ঐ থঙই। ঐ যাই। অতুবু নহাক্না মরম ওইতুনা ঐ মী-ওইবগী মফমদগী, খুন্নাইসীদগী তোংঙান তান্নকপদী নত্তে। থঙলবরা— মতুদী সুপ্পং নত্তে। সুপ্পং নত্তে।

থম্বাল : [অকনবা খোল্লাউদা] থঙলে, তোকলো! ঐ পুম্নমক থঙলে। ঐনা নঙগী ননাক্তা চঙলক্লিবসীম্ন অতুগা মবী সুপ্লে লৈনদে। থঙলবরা-সুপ্লে লৈনদে।

[তাইহাক্তং মীংচাবৈ। নিংসা মপী অমা হোন্থরগা থম্বাল তপ্না ফমথৈ। ইবোযাইমদী চপ মুংনা লেপ্লি]

ইবোযাইমা :—[তপ্না হাথম্না পুবা খোঞ্জেল্দা] নোংঙাল্লমদাইগী লীক্লাদা হ্নাওরকপা মীত্রং পুবা হৈনম-লৈনম, অমুক্তী মেঙলবা মুংসা মঙানগা সাগোম্নরকপা মালংগী সতম, থানিলগী লুববা অত্তিয়াদা থাবলনা ফুরকপা লৈচিনগী মফোন—পুম্নমকসিগী কুপ্ল-কুপ্লবা মফোন কয়া-কয়া থোম-থংলগা সাগংথিবা নহাক্তী সক্তম। সক্তমতুগী মথি কযানা সীতুংনা কুপসিনগ্রবা ঐগী থমোই, কোক অমদী হকচাংগী কাযাং থুদিংমক নহাকপু কাইনবা মীকওুদা

কুপ্পবা মফোল ভানা কাঈখি, পোকথাইখি, সক্কমজ্জুগী মফোল পুম্বা অহাঙবদা তিনখি। নঙগী নসাদা চৈনা ফুবগী, খাঙনা সোকপগী, নসাগী হকচাং হিংনা-হিংনা ককথৎপগী চৈনা নস ভুদা ফাওরিবা নত্রা?

ঐগী হকচাং কাযাৎ পুন্নমকসিনা [অমুক্তা ওইনা পোক-খায়বকপা মতমমুদা ঐনা খাঙখিবা করিগীনো? চৈনা-খেন্দু খাঙনবা হোৎনবকপদা পুক্লিসীদা তানসিনজর-কপা পাঙ্গল খোৌনা ভন্নমক সী-সৌৎনা সীজিন্নখোকখ্রব'নি।

[মীৎপান থুমগৎলকপা পি অহ্ রানা ফাখনবা হোৎনৈ।]

খোদোক্কুগী মতুং চহী অহুমগী মতুংসীদা ভসিস্থু অমুক হন্না মাঙ তাকনিংঙাই ওইববা মীযাম্নসীগী মকমদগী নাম্বোক্লগা অচুম্বগীদমক্তা মখাই কথোকপা ভম্বা মী খুজোক অহুমথক্কি খুনাম ইন, খরাঈ অসি খাদোকখিবা ভম্নবৈদমক মীকুপ্পুদা ঈপুক্লিগী পাঙ্গল খোৌনা পুন্নমক সীৎ সৌৎনা সীজিন্নখোকখিবনী। লেমহৌবিবা তুংগী পুক্লিগীদমক্তা ঈবাঁকমুক চাউবা মফোল অমা ফাওবা খাকহৌদ্রবনী। হুজীক্কী লসিং মফোনমুক য়াংবা তাই-বংগী পোলুম অমকাওবা পুজবা ভম্নবা পাঙ্গল-খোৌনা লৌসিং ভন্না মমি শাম্লে। মমি শামলে। মমি শাম্লে।

[খম্বালগী মনাক্কুগী চথোকপগা, লৈমাঈদা থুকই লৈত্তানা কমহুন। অবা-চৈনা খাঙজ]

থম্বাল :—[তপ্না হৌগৎলগা ঈবোয়াইমগী মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লক্তুনা] মীকুপ্তুদা ঐদী চৈনা অমত্তম্ কংখিদে। নত্রা ? মাঙৈকে থুদিংমক্তা নাম্থোক্লবা সম্না মকৈ অমগী পান্বে কংল্লক, অরোইবা মীকুপ্তুদা নফমলাংদা চঙজরকখিবদো তাৎ তাক্তনী। ইসাগী ওইজবা থিবকপনী। ঐদী নঙবু নসক খঙখিদে, সুংসিবসু পোকখিদে। থমোইসীদা চৈনা অমফাওবা পানখিদে।

[মীৎলু অনীদগী পি সিন্থবকই।]

ঐদি হিংচাবীনি। কৈ অমোম্নী।' নহাকী ঈ-দা তাংছনা হিংজরকপী ঈ-তাংবীনী। অহনা নহাকী নত্তেং যাওদনা ঐ ঈসানা ঈসাবু লানকমছুদৈ কনজবা ঙমখিদে। যাম্না পিদোনখি। ঐগীদমক্তা কনাসু লৈখিদে।

[ইবোযাইমা মমাই হাইগত্তুনা যেংখৎলকই। মীৎচানৈ। ঙাইহাক তুমিন-তুমিন লৈনৈ। ইবোযাইমনা মমাই তপ্না হেক হাইথখিবগা থম্বালনা অসাংবা নিংসামপী অমা হোম্বরগা]

অহুবু, অহু য়ৌনা সুংসি মসক খঙবা, চৈনা মসক খঙবা! পুন্সি মসক খঙবা নহাক্না ঐগী পুন্সিগী চমথ্রবা রাকৎ অমফাওবগী রাখলছদী খঙবা ঙমখিদে। নাইতোম তাবা পামজবা নহৌসা ওইবীনি খঙনা খঙনা অমম্বনা থল্লবা থুদোংথীবছদা ঐবু নাইতোম হন্দোকপিরম্মী।

[অরাবা লোৎসীম্নবা কম্না হোৎনহনা]

মতমচুদা ঐ কৈস্থ ফাওখিদে। লম্মাওনববা অহিংগী অমম্বা মবক্কুদা ঐ মফালাম্না নোকখি। নহাকি নবাস্বা অসীনা সারাক তমচুনা অমম্বা মরক্কুদগী ঐবু স'যোকসঙ অসী তাম্না পুরকখিবা মতমচুদা ঐ শুংঙাইবনা লুত্তোন শাংখি।

[পিরাং মবক্কা নোকে হোংবৈ।]

অচুবু মচু পুন্নমক্কু ওসিদি মঙ ওনথ্রে। রাখলগী পো-খ্রুকম খঙত্রবা অহিং অমদা ঈচম-চম্না মঙশিবা মঙ মীৎপ থোক্লক্লবা অযুক অসীদদী ঐ মঙগী নত্তেমনী। নঙনা ঐগী ঈনাউ ঐনা— যাথং তৌগদবা মীনী, নংনা যাথং ইনগদবা মী। অচুকৈগী মঙলানগী মরী অঙদগী সমথরক্কুনা ওসিদী ঈবানিগী মরক্তা সকউদবা চংনবীগী থৌবী অমনা পুল্লবে। ফীভম্না নহাকপু ঐগী রাখলগী লমজিং মথাদা হিংদবা যাদবা মী অমা ওইহল্লবে। মঙলানগী মতম অচুদদী ঐসে কযাদা পিদোল্লমথ্রবা, নংঙোন্দা কযাদা নোল্লুকচরমথ্রবা। নঙগী নমাঙদা ঈমাই অসী ফাওবা ঈনিওতম্না হাইগৎচবা ওমখিদে। অচুবু মচু পুন্নমক্কুদি নঙনী। তাইবংদা মচুগী চন্নকম করিনো হাইবসী নহাক্না হেন্না খঙলীবনি। মরমদী নহাক মঙ তাইবং, অনীগী খেন্নবা খঙবা মীনি।

ইবোযাইমা :— [পাল্লল থোক্তনা] খঙলে, তুমিল্লেরো।

খম্বাল .— [কংনোক নোকুনা] ঈমুংসীদা লৈরিবা মহাকী মরী অচু ঐঙোম্পম্ন অচুম্মক লৈ। নহাকপু ঐনা ইমুংসিদগী

তাম্বোকপা য়াদবগুম ঐবুসু নত্তনা তাম্বোকপা যাকম খোক্কে। অহুগীম্ম মথক্তা ঐনা থক্তা লৈবা মীনী, নত্তনা থাদা লৈবা....।

ইবোয়াইমা :— [খাওডমদবা খোল্লাউদা] খত্তলে, তুমিল্লেরো।

খম্বাল : অবেম্বদা হকচাংগী পাঙ্গল মযেং তানবা পংলাউ-লাউবগী কান্নবা লৈতে। চহী অহুমগী মতুংসীদা তসিদী ঐনা অহানবা ওইনা নংতোন্দা অচুম্বা মিঙ্গো সীজিন্ন-ববনী। নহাক তোঙাল তাখিনু ঈবোযাইমা। নহাক্কা মরম ওইহনা মী পুম্নমক তোংঙাল-তোংঙাল তানহনগনু।

[মমীতগী মপি জব-জর সীন্থবকই।]

নহাক্কী মাঙবা যাদে। মাঙবা যাদবা নহাক্কা মরম ওই-হনা নহাক্কী মীসিংবু ৱাহন্নব সীনগনু।

[মমীতগী মপিহু সৎ তৈথোক্লগা]

তসি ঐনা ঐগী পুংদা লৈবা থোনা কৌসিং তন্নমক খোমজিল্লগা নহাক্কি পুঙ্গিগী যাইফনবা খনবী নতৈমা অমা ওইনা খমোই সেংনা হাইবিবসীনী— তোংঙান-তোংঙান তাববা মচেৎসিংসী অমত্তা ওইনা পুনসিনগনি হাইনা ইমাঙসিদা নত্তনা হেক ৱাসকপা তমদ্রবদী ঐগী পুঙ্গি মাঙবগী মরম নহাক্কা ওইগদবনী ইরোযাইমা।

ইবোযাইমা :—[অসাউবগী অরোইবা খোম্বোক্তা] চৎখ্রো চৎলো। চৎখ্রো চৎলো। চৎখ্রো চৎলো।

[চোংসিল্লকুনা খম্বালগী মখোৱী পাইখ্রে। অহুবু

মাগী হকচাং কয়াৎ খুদিংমক্কী পঙথরক্লে। মমীৎ তন্দন পাইরকলে। মকোক অম্ব লুমথরকপনা পুবা ঙমসিল্লক্লবে। ঙাইহাক্কং মমিৎ-মনা চেক্কেৎ উইশিন্দুনা খাঙই! খম্বালনা অঙকপা মীৎয়েংনা মাগী মক্তোম্থ য়েংলিঙৈ, মাদী খাঙবা ঙম্লক্তুনা অৱাবগী খোল্লাউ লাউদুনা হাইথবকই।]

খম্বাল :--[খংপ্রেক খংনা, ইবোযাইমগী তুখবক্লিবা মসাথু ঙাক্তুনা] কবি তৌবে? করি তৌরবগে?

[অকিবগা পাখংপগা য়ান্ননা কোনবোই-চিংবোই ইবোয়াইমবু ফম্মুং তান্না চিংলক্তুনা হীপহল্লগা নিংসা খীবগী থুৎকৌদা বাইত তেজরোমদা কোই।]

ইবোপিসক। ইবোপিসক!

ইবোপিসক :—[ফিংনা চেম্থোল্লক্তুনা] করি তৌবে? ...........
করি তৌৱবগে ঈতৈমা?

খম্বাল :—[মমীৎ-মনা চপ থুংনা] নঙ তামোযাই...

[বা ঙাঙকম খঙদনা উচুক্কুম চপ থুংনা লৈ।]

ইবোপিসক :—[ইবোযাইমগী মসা পাইদুনা, মসা নোমদুনা]
তামোযাই! তামোয়াই!

ইবোযাইমা :— [ফুক হোগংলক্তুনা।] ঐগী কোক অসী পুবা ঙমসিল্লক্লে। যান্না লুমথরক্লে। যান্না লুমথবক্লে। য়াম্না সাথীনা লুমথরক্লে। ঐগী কোকসী অমম্বা সিন্দোকপিয়ু।

[অঙাওবগী মক্তোদা কোইরেন-চেন্দুনা]

কনানো। ঐবু দাক্তরদা পুবিয়ু। ঐগী কোকসী অমত্তা সিন্দোকপিয়ু। ঐগী কোকসী অমত্তা সিন্দোকপিয়ু।

ইবোপিসক :— তামোয়াই। তামোযাই। কৈদোববগে ?

ইবোযাইমা :— ঐদী মীওইবগী কোক পামদে। মীওইবগী কোক পামদে। মীওইবৈ কোক্তী য়ায়া লুম্মী। তিং পানবা, তাইবংপানবাগী পুম্নমক্কি অকুম্বহু পীকপ্রবা কোকসীগী অরুম্বগা মায়ে। ঐ মীওইবৈ কোক পামদে। ঐগীদি অরা-মুংঙাই, অচুম-অবান, অফ-ফত্ত খঙদবা ইযাং-যাংবা কোক। গোবিন্দা নত্রগা সিম্পানজী। ফংদ ফংত্রগা অফংবা সা অমা।

ইবোপিসক :— কবিনো তৌবিবসিবো ঈতৈমা ?

ইবোযাইমা :—[অঙাওবগুম মাগী কাদা চেনসিল্লক্তুনা]

ইবোপিসক ঐভোন্দা মীওইবৈ কোক পানগনু। দাইনো-সোবগী কোক পান্নু। দাইনোসোবগী কোক পান্নু।

[ফমুংদা দোম-লাউনা তাসিল্লী।]

ইবোপিসক :—[পাখৎনা] ইমা। ইমা। পাবুং। তামোযাই কৈ-নোমা তৌখ্রে।

অনীমক :—[চেন্থোক্লক্তুনা] হা। কবি হাইবা ?

[তুম্ফম কাদা চেনসিল্লকই।]

লৈপাক্লে :— কৈদোবগে ?

[অহনজাউনা মাগী মিহুন যেংই। লৈপাক্লেনা ইবোপিসক্তা রাহংগী মীৎযেংনা য়েংলগা]

কৈদৌবদৈ তৌথ্রিবনো হাইবনী ইবোপিসক। কৈদৌবদৈ তৌথ্রিবনো ?

[ইবোপিসক্না থম্বালদা য়েংই। থম্বালদী মরু লুক্না উচুক্কুম লেপ্পী। লৈপাক্লেনা থম্বাল্দা]

করম হাইনা তৌথ্রিবনো থম্বাল ?

[থম্বাল অহুম তুমিন্না লেপ্পী ]

কবিনোনে তৌরিবসীবো ?

[লফস্তেজবোমদা লাক্নুনা]

ইবুংঙোহল। ইবুংঙোহল। সুপামচা।

ইবোহল :— ( মথক্কগী ) করিনো ইমা ?

লৈপাক্লে :— অমুক্কা লাউ। ননাউ য়াইমসী কৈনোমা তৌথ্রে।

ইবোহল :— কনানো ঐগী ইনাউ অমত্তা লৈতে ঐঙোন্দা বা অমত্তা ঙাওলক্কনু। ঐ তোংঙান তারবা মীনী। লেপ-থ্রবা রাবেপ্পী। লেপঙবা।

ইবোযাইমা :—[খংলাউ লাউরকই] পোকথাইবো! ঙম্নমক মহী চেন্লো। মনিন ওল্লো!

[লেঙখিল্লে। উত্তুপ তাবগুম তাথ্রে।]

অহনজাউ + লৈপাক্লে :—[পাথৎনা ইবোয়াইমগী মসা পাইহনা]

ইবোযাইমা! ইবোযাইমা! ইবোযাইমা! ....

[থংগানদী মমীৎ তবঙদা যেংহনা উচুক্কুম অহুম লেপ্পি। কপত্তে নোক্তে পুক্রিং, যাখল পুন্নমক পুমহাঙ হাঙবগুম তৌই। ইবোপিসক্না থম্বালদা

মুন্না ৱেংই। ফীহম সিংহুদা মখোই অমত্তা লেঙ-
থিত্রে।]

ৱারোইসিন :—

[স্তেজগী মৈ মমথবকপগা লোইননা কোবস্তেজ অমদী
সাইক্লোৱামাগী মৈ ঙানখৎলকই। *স্তেজদা লৈ-
ৱিবা সক্কমসিংঙ মমি ঙাক্তা ঙংথ্রে। দাউনরাইত
লোমদগী ইবোহলনা মকোক চিংহুনা মী মবিহু
যোং জগোই সা-সাহুনা থোক্লকই।]

মযাম : - প্লিও-পিথেকস, প্রোকোনসুল, ড্রাইওপিথেকস, ওরিও-
পিথেকস, বামা পিথেকস, আফ্রিকাস, এস্ত্রেলোপিথেকস,
বোবস-তস, হোমো-ইরেক্টস, হোমো-স্যাপিয়েন্স, বোহ-
দেসিযান ম্যান, সোলোম্যান, ন্যান্দবথল ম্যান, ক্রো
মেগনোন, হোমো স্যাপিয়েন্স, স্যাপিয়েন্স! ....

(যোংদগী থৈথরক্তুনা হক্তীঙ্কী চপচাবা মীগী মওংদা
জগোই সারে। খঙহেন্দনা চপ লেপ্পী।]

ইবোহল : — ঐখোই যোংজাউ —

মী মবি :— ঙাক্তনী।

ইবোহল :— মী মরাম।

মী মরি :— মী-থীবোং॥

ইবোহল :— মী-মমি।

মী মরি :— মিতথান।।

ইবোহল : — হংকোক, হংঙোই,

মী মরি :— লাইরেন, চৌংলাই,

ইবোহল :— লাই-খায়োব',

মী মবি .— মী-খায়োবা,

ইবোহল :— য়োংজাউনী।

মী মরি :— যোংজাউমী।— . .

(লাউনা-লাউনা মী মবিনা ইবোহলগী অকোইবদা অমুম-অমুম লৈসিল্লকই। ইবোহলগী মসক উখিত্রে)

ইবোহল :—(মীয়াম মমক্তগী) 'পুন্সি চাং অমলে।

মী মবি :— অথোই-অহেন যেংসে।

ইবোহল :— কে—.কু— ॥

মী মবি :— কে— কু— ॥

(মী মরিনা চপ মান্নবা লৈমাইদা হেক কমথখিবগা মখোইগী অপুনবা মক্তম অদু ইবোহলনা লৈযোল ওইনা খিনগৎলগা মকা ফন্না সাৎলিবা লৈরাং অমা ওনখ্রে লেপ্তখিত্রে।




(স্টেম মম্মী। যুখল হাইজিল্লকই)

—)০(—

থম্বীরণী

# পুখ্রম্ব শামু

পুখ্রম্বা শামু ইং ১৯৪৪ গী এপ্রিলগী তাং ১০ তা সগোলবন্দ লুক্রাখ লৈরক্কা পোকই। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা জগোই ইশৈ য়াম্না পামলকই। ইং ১৯৬১ দা মেট্রিক পাস তৌরবা মতুংদা ডি, এম, কলেজদা মখা তমথহুনা বি. এস, সি, পাস তৌথি। যাম্না অঙাং ওইবিঙৈদগী হৌনা লাইবিক ইবগী থবক হৌথি। তেল্লবা মতমদা অশাংবা লীলা ৩০ য়োম, অতেনবা লীলা ১০ বোম ইরম্মী। মপানলমগী অকাওবা প্লেরাইটশিংগী লীলা কয়ামুক মীতৈলোন্দা হন্দোকলম্মী। মশামক এক্টর ওইনা লীলা কযামুক যাওথি। মনিপুরগী মশক নাইবা ডিরেক্টরশিংগী মরক্তা অমনি। মহাক্না ইবা ড্রামা কযানা অকবা লীলা ওইনা মনা ফংথি অমসুং লীলা তম্বীবা অমা ওইনা মনা কযা অমসু ফংখি। থিয়েটরনা পুন্সিগী মরুওইবা থবকনি থনবা মীওইনি। অদুবু ইং ১৯৮০ গী ফেব্রুয়ারী থাগী তাং ১২ দা তাইবংপান থাদোকুনা চৎথি।

---